# কল্পনা মালা পরেং

ইকুবা —
শ্রীঅরোম্বম নবকুমার সিংহ
( আই.এস, বি, টি, )

মমল ২·০০

অফোংবা—

শ্রীনিংথৌজম গৌরমনি সিংহ
উরিপোক হাওবম দেয়ান লৈকাই

কোপী মশিং — ১০০০

খুৎনম অহানবা ১৯৭০ আগষ্ট

নম্ফম :— নরায়ণ প্রিন্টিং রাকস, ইম্ফাল।

কংশিনজরবী খুদোল।

ঐবু পোকপী পলেম
শ্রীহাওবম লুংশি দেবী
পলেম ইমাগী মক্তুবা
খুযা থম্বাল অনিমক্তা
কংশিনজরবনি মতিক চাদ্রবা
'কল্পনা মালা পরেং' কৌবী
শৈরেং লাইরিক মচাসি
লৌশিনবায়ুকো ইমা খুৎথেংননা।

শ্রীনবকুমার, উরিপোক

# য়াওরিবা শৈরেং

অফোংবা-
শ্রীনিংথৌ
ঊরিপোক

# কনপনা মালা পরেং

'লৈখোক লোইরবী লৈরাং'

জগৎ সংসারগি কাওথোকলে হায়বগী মওংদা
শম-না কোক-লু ইক্না-ফাদোক্লা
তেংবান-ত্যাগীনী লম্বোয় তুবোইবীগী মওংদা
মতম খুদিং তেংগ-নওইদুনতা রানা
লেঙ্গরক্রবী শুক্তা রমনীসে কনা ওইরিগবা ?
খঙলেদা থম্মোয় শোক্রবীসে
অতৈ কনা'মা নত্তেকো তোপ তোপলবী
প্রেমিকা অমনি—নিংজ' আশা খুঃথক্রবী ;
যৌবনগী নিংব-আশা কায়রবী
নারক্পী খুজং-লৈগুম্বী
মথংলেন চান্নবা খোইমুনা থৌশাবিত্রবী
লৈপাক লৈশা' থক্তুগীসু কেল্লবী
মিংস্না নয়ণ লকা অনিমক্তদি
লুরবী, লিক্লাই পিরাং ইরা শিষ্টজত্না

থম্মোয় মবুংঙোগী হুংশি থুয়া-থা অনিদা
কায়ন-বিদায় থুদোল তমজরীবী
হুঙ্কা অসে মরাগবক থারবী
পোকলব মতৌ উরুবদা কপনিংবত্তম
নোঙ্কবিগল্লকো সমাজবাসি অহোয়ননা
অরাবা, হুংঙাগজপ্রবী, নিংবা-আশা ঋাইরবী
অনুতাপ খবিকমক্কী মবেম্মসে—
লৈরাংগুম্বীনিদো 'লৈখোক লোইরবী' ।
হুজাগী লেপনাইদনা শিন্থারবা পিরাংসে
অরম্বনি সমাজবাসি নখোয়' থোরাংহু
নিংখিবা চরৈ ফিজিত্তনদি কংহনবা ;
মাত্ৰয় মহুত্তা—মতম থুদিং ইড়াংচরীবা
শিন্নবিয়ু মথুত্তা মখরাক্ত মবুংঙোহু
অহানবা ইচেলগী থোঙ্গুল লিবীদুনা
পুক্লিং পন্থুংক্কম ওইবীয়ু অরোইবা মিংকুপকী ।

---

## 'লৈবাক ফাওবা চেক্লা'

নোংমনা ঊগনি ঐগী ইশক
শংবান্নবা অত্যা' মকোইদা
ইরূপ ইপিজা খিবিক্কা
কোইপাই পাইদুনা শান্নবা।

নোংমনা থেংনগনি ঐহাকপু
মতমগী হৈরাং অথুম্বা
খোঁবোম থন্না চাত্নবা
নমাংমক্তদা শান্নরম্বা।

নোংমনা থঙগনি নংনা ঐবু
চেক্লা-চা অমনি হায়বসি
ইরোল থোক্লা থোংলকপা
গুইগনি সাক্ষি মত্নুনা।

নোংমা অমনা নিংগনি ঐবু
নিংয়া তময়াগী পোম্বীরা
লঙ্খেল তাবী থমত্রঙচাক্লা
কোঙ্গাওনগনি নপুক্লিং।

চাম্মা থোক্লা খন্দুনা
লিশিং থোক্লা নিংঠুনা
থঙলোয় নংনা পরীচয়
লাংওক্লগনি নপুক্লিংদতা

মিৎকী পাঙ্গন্দদা ম-ঙ্ভরবা
শকথঙবা য়ারবা ঐহাকসে
মখঙজিনবীয়ু মাসি'মতং—
'লৈবাক ফাওবা চেক্লানি'।

# প্রেম-শিদহিদাক

করিনো ঐবু, পুন্সি' সিবু
হুংঙাইত্রা নত্রগা অরাবা হায়'দুরনে ?
তাকপিয়ুগবা কনানো লৌশিংলবা ।
নহাক্কী চিনবান্থোংগী খোইগুমনরবা
তাজরগা মধুর-বাক্য-বানীত
তপথবা নাইত্রবা ঐগী থম্মোয়শে
খিকপিরগুম ঈশ্বরগী নিরা-মিত্র লাইজঙ্গরিক
শেংদোক্রবা সাধু-বৈষ্ণবশিংগী হকচাংদা
ফংজবগুম মিংকুপত্তা শ্রীগোবিন্দগী লৌজাল
যৌবন ইথক্কী রাখন্দা পথজরবী
হুংশি লৈনাশিংশে কে, প্রেম-রমনী
তেকখৎহল্লরোগবা চ নথোকরবী নহাক্কা
কাওডমদ্রবী চিনবান্থোংগী তব, তনারবা রাইথেদ
কাউনগ্রব নিংল-আশা কয়াদি চারা-চারা
অত্তুম্বা, শাবী শানো কয়াশিংগী রারী-রাখোঙ
প্রেমিক প্রেমিকাশিংগী অরাবা মৈচাকপু
তরাই-তরাইনমক কোকহনবা ভম্ববিবা
লৈবিরবদি অত্তুম্বা রাকে রারোল
তাকপিয়ুংবা লাইবকথীবা ঐঙোন্দা

মমল নাইত্রবা রাহৈদু তাকপিবগীদমক
লৈজদে সনা-লুপা হিরা-মণি খুত্তাগী খুদোল
থম্মোয়গী মশক ওইবা 'মতং
কংচগে তৌবিমল খঙবগী মশক ওইনা
মীপুম তিংনা মিং-না থগৎনবা
নত্তে মাসিদি হায়দুনা তোল্ল-খুদোলসি
ইন্নোকপিগনুকো থম্মোয় লকানুংদগী
লাইবক থীবনা নকাদা খুদোলজনিংবদি
লুংশিবনা লুংশিবদা তিল্লবা
থম্মোয়না থম্মোয়গা চুশিল্লবা
পুক্লিংগা পুকনিংগা 'মতা ওইশিল্লবা
প্রেম-শিদ-ইদাক্তুনি মমল্লবা।

---

## অনুতাপ

নিংবা থুংলক্তুবা মতম
খাইন-মৈচাকনা চাক্লবা মতম
তৌগে তৌগে নিংলকপা মতম
খুদিংমক্তা—থুংঙরবা 'ডুগুম্বা মতম
তাঞ্জা খেনকমহুদা নহাকনা।

লাকই মীওইশিংদুগী থংম্মোয়দা
হে, অনুতাপ নংশে নঙিণ লৈদা
করিগুম্বদা মীশিংহুগী থম্মোয়দা
নহাকনা য়োশিল্লুই মখোয়' মমাংদা
নিংবা থুংহনবী ভস্মী মুত্তিগুম্মা

---

## করিগী কপলি ইমা?

করিগী কপলি ইমা? কনানা চৈবগে অপোকপী
লাইবক থীবীনি পন্থরক্তনা পল্লেমও
মোমোন মীনোঙদবদা, মিৎসনা পিরাং নান্থরকইত্রা ভজিক কাওবা
মথাক্ত থাইনগী মতমগ্ন নংলক্তরেকো অপোকপী
মিৎমেং তাবিয়ু 'মুক্তা চিন্তাগী বাখল য়াওদনা
পিরাংনা চমোৎনরবী ইন্ন-ফি চরৈ হাইদোক
হুংঙাইবা দৃশ্য বলিসে মিং-না কুপতনা
পল্লেমগী থোজাল মিৎয়েং ফংজবদগী
থোনা পাঙ্গল লৈজবদগী 'মুক্তা হেম্না মহৌশাদগী
কোকিলগুম থোংশনু খম্ব ভচাক-চেক্লা
ছৈহকশনু হরিনোংনাডস্থ খোম্থাং মেংবী তাম্নাগুম
য়েংল-য়েংলগা হুগাই ইথক হোৱবা

## কম্লনা মালা পরেং

অনৌবা নচাশিংগী থৌনা 'নৌবা

লেংশিনবীদুনা ভক্তিগী আসন'থক্তা

অনৌব থৌনা, মিৎয়েংগী লাইঙ — থিকপিয়ু নোল্লুকপা নচাদা

মতুম কুইনা লাইঙ্ক ঈশিং ফাংলুদবনা

থগাই চাক্লুনা লৈরম্বা নোঙ্গৌবী চেক্রা

থোঙজুক্লু মথৌ ইপোঙ-পোঙনা

নোং-চিং লেপতনা কৈথবা ইঙা-ইঙেলগুম্না ;

করিনোনে পলেম অপোকপী

ইমা ইবেম্মগী শ্রীমুখ বাক্য-বাণীদা ইন্নগদবগী

ভারত বাসি 'পুম্না অকনম্লু অশোন-অনাম্লু

নখোং তেকপা লমজেলগ্রেনে পলেম-ও !

মহৌশাগী ঙুংশি শকথক্তনদবা

নচা লুপাশিং হিংচা-য়াইতম্বগুম্বা

মথোয় মরম খন্নরুবদা

য়াদ্রবোই মিৎসনা পিরাং ইরা থিংবা ?

ওক্তুবা নচাশিংদুগী রাথলনা

অচেৎপা মচু শংজিনবা ওইনা থোকখ্রবা

ইমা ইবেম্মা ঐখোয় পোকপীগী চরৈ-ক্বি

ফগী হিদাক চাইবগুম্না 'মুক্তদি —

চায়বিয়ুবা 'মুক্তদি কৈদৌদগে অপোকপী

চাইরবদি করিগুম্বদা অনৌবা নথলগী হিদাকসি

ইম্নরয়োই মহৌশাগুম তুমিৎ-কাং মহু কনবা

কাওরক্কনি নোংমা নোংমগী
ওকচম্রবা নচাশিংদুগী শারমচং ওইবা স্বভাব
কয়াদা নুংঙাইরবা দৃশ্যবলিনোশে—
মিংকুপ থুদিং—পুংজা থুদিং
লৈসিগী লৈনম পুক্নিং চুবা
শিংখিনজ্ঞ মাক্টৈকে তরা সনা লৈবাক্কী
থোমনা ওইশনু মতম লৈবখিবিক্তা ইমা ইবেম্মবু।

---

## "প্রেম-সমুদ্র"

নুংশিরবা শাবী শানৌ কয়না
তেপ তোপ্পা নৌরেল অমমম পায়নতুনা
ইথিন ইচৈ কল্লব যৌবণ পুন্সিগী
মাদৈকে পাংনা বিশ্ব-মহাসাগরগী
প্রেমগী রাকৈগে হিরেল অথম্নবা
হিক্কে নৈ উইল কনবা আশাগা লোয়নন্না ;
মা খুক্কৈগী হিংগুম লিংখা-তম্বা
য়াদে মথলসিগী রাকৈগে হিরেলসিদি
খু ইগী চংনবী রাকৈলে হিরেল্দি
থাদখিবদা চংনরেল লাইজ্ঞ ইপাক ইচেন্দা

চংচিবগুম তৌই মতোম্মক্তা থুনা য়াংনা
লিক্লাগুম জর জর লাইজ ইচেল তুংইন্না
('দগ'—) মথক্সিনী হিরেন্সিদি চংনবা হায়দুনা
নৌরেন থুম্বা পাইখংডুনা
হোল্লুকদা থরাই যাওনা
চংশিদ্রে খোং সাংনগুম
পোথাপ্রে খোংতেকপগুম
করিগুম্বা হিসি চংশিদ্রে হায়দুনা
কনাগুম্বা অশোংবা প্রেমিক প্রেমিকা 'মনা
মথুক্তুদা থাক্লংলকপদা নৌরেন পাইগে হায়দুনা
চরৈ কিশি শেমাগ্রে লোংথাংপদবগী।
ইপাক্কী নাকল, যেংলোম মাইরোম অনিদগী
মী- পোংশিংনা নোকশিংনকপ;
খুবাক প্রোপ প্রোপ থাডুনা
তাঞ্জংডুদা—মকুশোননা শাবী শানৌ অনিদুনা
তাখিবা হিবান্দগী খোংফম শোয়দুনা
লাইজ ইপাক 'থক্তা 'জম' লাওনা অল্লাবা
মী পোংনা অতং-অথম নৈতনা
রাঃ রাঃ তাইবং মীনোক চংদা লেপত্রবদা
কয়াগী মতিক্তি নিংথিনা চংখোনবা
প্রণয়' নিগী মশাদা হিরা মুক্তানা থাপ্পগুম
অরাংবা লাইজ ঈশিং মরিক মরিকনা

পুমলং লংখ্রে শাবী শানৌ অনিমক্তু।
ওইবকপা মওংগুম সনাবু মৈনুংদা লংশিল্লগা
অত্যাচারগী পোইরৈ সমদম ওইদুনসু
শাংখ্রে লৈরাং কুংশি-কাংথুনসুংদসু।
অশেংবা তুরেলগী লুরবা লাইজ'তু
ওনগ্রবা অওং-অনৈগী তমথিবা ইচেল'তু
রাকলৈ হিরেলদুনা বিশ্ব-প্রেমগী
অনৌবা তাইবং সমাজগী ইচেলথকসিদা
চংপা হৌগ্রে থুনা য়াংনা মীনোক তাদনা
শাবী শানৌ প্রেমিক প্রেমিকা 'নিবু পুদুনা।
অসিগুম্বা অডকপা উপদ্রোপসি
তোয়না উডমদে তাইবং সমাজদা
কনা কনাগুম্বগী লৈকোলমুংদা মবুকনিংগী
কাংথুল তানদুনা অচেৎপা আশাগী
লৈরাং চার লিংজরবসু মহাপ্রেমগী
য়াওফাৎত্রিবৈ, লৈরাং লৈহি লৈকাদা
শংদুনা মীশেঙ থাডখ্রে লৈনাক্তা খোইমুনা।
'সিদা নত্তনা, শিঙেল লৈরাংগী অকোয়বদা
তাল্লুমগ্রে অত্যাচার বায়ু-মালয়ানা।
পুন্সি চেংজেল লোইরমদাই কনাগুম্বনা
তেংথ-নওয়থিবা খোঙেল রাংনা
প্রেম-বিলাভ তৌতনা অরাবা

য়ারক্তে থম্মোয়সি পু-থাঙবা
অরাবা মৈচাক ফোংদোকচনিংলকই ফোংনা
তারগা সঙ্গিত-ৰলিচু থম্মোয় কায়রবা ;
পোকচনিংলক্তে সমাজদা মী ওইনা
পোকচনিংশকই হৈরাং লৈরাংগুম্মা
তিঞ্জনিংই লৈকোলগী সমাজদা ;
বসন্ত ঋতু লৈরবস্থু মৈতৈ লৈবাক্তা
কোকিল উবা কংলোইকো থল্লুবদগী
য়েংন-য়েংনা উদবা মিৎয়েংগুম মিৎতাংবগী
লুংঙাই-য়াইফনা পাল্লুগনি হায়দুনস্থু সমাজদা
পোকহনবীমু পাপকী মশক ওইবা ললগৈদা
লৈরাং লৈ-থাবিচ্ছ কাংথুনক্লুংদা অত্যাচারগী
শিঙেল চার লিংবিয়ু লঙাকুপ্পদা মহাশান্তিগী
মীওইবশী মরক্তা থল্লবা অল্লা-অনানা
'লুংঙাইবনি' শিংথারমদে বিধী বিধাতানা
পোকহনৰিগে নিংবিরগা তোল্লবী মপোকপু
লৈরাং জাৎতা পামজরবা ইশানা
পোকচ-হৌজরবস্থু নিংবা থুংবা ওইনা
শ্রীহরিমন্দিরগী লাইশং নাক্তা হৌজত্নুনা
শাৎহনবীয়ু লৈরাং বৈষ্ণবী অমগুম্মা ;
নিংবা পুম্বা থুংবা শকচশে মাতুনা ।
মীওইনা পানবা তাইবংপাল্দা

লৈথরবসু নিংথেংফম ওইনা সনা-লুপাদা
'অপেনবান' খল্লুদে ঐনা মাহুদা
মীহৌরুদে আসঙুম্বা পুক্তিবু
চেংলো শকলোংপা ডাকু-ডাকাটি শংবদগ
হনাক থুনবা, অচৌ-অশাং রাজ-ভুক চাবা কয়া
য়াহৌবা থয়াহ থা-নথি থাশি-থামমদা ;
চিং-মান, উরক-য়ারক, মোংশোং-জঙ্গলদা
তাহবং মীওই কনাগীসু মখা পোন্দনা
লৈনরিবা নোংমা, কৈ, শওম, লমওক
লুংশি হেত্তবা মীওইবগী অত্যাচার 'মাংদা —
থাওবা উমঙগে কারওইবা কান্দসু।
সংসারগী নুংংদা অতকপা
হৌজোনংহ সাম্ন সয়াসাওমা
পোকচানংঙ চেক্রা তেনবাওম
শ্রীগুরুনাম থোকপা চিনবাঙ্গোংদা
তুলাশ পাম্বাক্তম গুণ লেবা
তারবদা অশিবগী থায়াত্তা
পাশুতাকচগে আরোইবা শরুক্তা।

# অতাংবা-পুনসি

মীওইবা ! হুংঙাইবা পুনসিগী মতমদা
কপতুনা লৈহৌরগা নিংঙাই তৌদুনা,
নশাগী ওইজবা তাঙ্গা লাকপদা
মোমোল নোকেরা অমাবদা হরাওদুনা
খরনা হুংঙাইবা খরা মখৈনা অমাবা
নহাকী মত্রোরালিগী মওং ওইনা
লৈজবনি, পুম্মিং থল্লাই য়াওনা ভশেংবা
লমজীংবিয়ুকো প্রভু ঐরুস্সু নহাক্না চানবীনা
পুন্সিগী লৌবুক্তা অরুবা
লৌমি কনাগুম্বনা লৌশিংলবা ;
খুজ্ঞা য়োংলেল পাইদুনা
ফৌ চরোঙ তাগ্রে মমল্লবা লৌফমদা ।
য়োংলেল পাইগনি খনবদা
সহরগী মীওইশিংনা বাবু-সাহেবকুম্বা ;
ভঙাং-তঙাংলবা খুবাক্তুদা
পোকথোকপা হৌরক্রে অনাবা
লৌউবা হুপা চমোংনবা
লৈখোম লৈনাং তৈরবা ;
হন্না স্কেংনিংদে মিংসিনা
য়েংনৈ অকে-অমৌতবু সহরবাসিনা ।

লৌমি কনাগী হৌরককুম
শিংথাক্রুরবদি 'ফুংঙাইবনি' শোন্নদে সহরবাসিনা
'অল্লাবনি' নিংনৈ মনিপুর প্রজানা
শিংথানদে মীগুম্না মীবু মীওইবনা

থবক তৌবগী মহুত্তা মীথা থানা
য়েংথিনবগী মহুত্তা ঐখে য় ইশেন
অরাবা খঙনদ্রিবা ঐখোয়' পুনসি
অরাবা খঙনবা তৌরশি ইথৌ শিনপাঙবা।

নহাক্না ঙসি লৌমি কনাগুম্বা
উক্তরে হায়রগা মিংকী পাম্বৈ মতেংনা
চংনিংঙ্রিবা আশাহু লাপনা নাথৈদুনা
য়েংনিংদ্রিবা হন্নমকপু - অচুম্বরনে ?

নত্তে, মদু অরানবা লমথৈনি ;
থবক তৌদবনা হুদোক্লবা নংগী খুবাক
তৌরুরগা থবক—পাইরুরগা য়োৎপাক
হুদোকনি খল্লিবা বাবু শাবগী খুবাক্তু

করিগুম্বদা পাইরুবদা য়োৎলেন শিনপাঙবা
তৈক্রবাঙ হিদাকসি মোলোমগুম্বা থৌনাগী
পোকথোক্লবা বাবু শাবগী খুবাক্তু
কগনিকো পোকথোক্লবগুম মিংয়েং তাবদা।

---

# নুমিদাংৱাইরম

মাইকৈ খুদিং খরা খরা মমশিনবা হৌরক্লে
নুমিদাংৱাইগী ইংথরবা মতম ওইরক্লে ;
মাইকৈ মরিদগী 'নিং' 'নিং' 'নেং' 'নেং' হায়বা
হরিনোংনাঙশিংনা খোংলকপগী মিরবা খোঞ্জেল তারক্লে ।
জাম পাম্বী, হৈনৌ পাম্বী, হৈপালশিংদগী
তেনরা শঙু শঙু পাইথোরক্কুনা খোইয়ামগুম্না
পরেং লেংলরে অত্যাগী অশঙবা মকোক্ত !
শিকহৈবা নুপামচা নুপীমচা অঙাংগী জাং কয়ানা
নকোক মকোক্তু থুমোক-তাইরাক অমমম পুনদুনা
ময়ুম ময়ুমগী লম্বেন্দা হন্নরকপা মরী চোয়থোক্তুনা
উবদা দৃশ্যশে, নিংলেনে পুক্রিংদা —
তেরা ককচেং নম্বোনবী ময়াম্না
পরেং'মা ইকাই কায়দনা হন্নরকপা মথং মনাও নাইনা ;
সনা লমজাও সরক্তুগী লমদম তাম্না উঙবা
শা মণ খিবিক্লা কানরকপদা পরেং পরেং ওইনা
পোকপদি নৌরিবা যম্নাওমচাশিংগী ঙকশমদগী
'কিং' 'কিং' হায়বা শরীক খোঞ্জেল তারক্লে ।
পুখ্রি পাং থাঙপাংনচিংবা লাইজ ইপাক্লা লৈতেংবা
শাংনরীবা থরো থম্বাল থরীকথা লৈথল-লৈচু

মালংগী ইপোমদা হাইন-হুম্না, জগোই খুৎথেক্না
মখোয় খিবিক্না সন্ধ্যারানী লেংঙকলনি চায়বগী
কি-নখিবনা মহৈ মহৈ পুক্লিং-পাইমম্নুংদা—
উমশিন্নবা হোৎরক্নে মশা মশাগী অয়ুক নুংথিল চুপ্পা
তাইবং মীমাং লেন্নরক্রবা নুংশি-লৈনাশিংদু
লৈহি মীহোৌগনবদগী শমান-লেংমান্নবা কয়ানা
পাইথোক্লখিব, শঙহৌ-উহৌত্রবা থোংমুত্থু মাইথকপা
হানখিবা মরমদগী পাম্মুবী থম্বাল লৈনানা উমশিনবা
নাম্থোকপদি নংহৌত্রবা খ্বাংজেংবত্থ লৈহি করাম্বা
ফংলক্লি ভাবা লৈরিকন্নুংদগী পাঙ্গল্লবা শব্দবলি
'ঙ্ুং' 'ঙ্ুং' ইংনা পোংনা যেংলবী মাইথকপগী।
নুংথিল-হুংমাঙগী শরুক্ক শিথরকলবা
নুমিদাংবাই ওইরকলবা—নুংশা মঙাল নেমথরবা
অমমম-অঙান শিন্নরকপা; তাঙ্গাসিমক্কুদা
নিংয়েং তারুবদি হে, নুমিদাংবাই নংগী চেংলৌ শকইংবী
ঙক্কুবা ঙমজদে মীওইবা ঐগী পুকনিংশে
ঙমজদে বর্ণ-বাখ্যা তৌজদবা
নহাক্কী খৌরাংসি হে, চেংলৌ ছেনবী নুমিদাংবাই।

## 'চাউখৎলবা মৈতৈ লৈকোলদু'

মতম থরগীদমক্তা
তুংগী আশা পূমকাও কাওথোক্লুনা
করম্বা নিংবা-থুংদবগী মথা পোন্দুনা

মতম চংনা থাগ্রবা
শিঙেল লৈরাং কাংলুপ কয়াবু
করিগী ফুক্তক্তুনা মাংহল্লিবগে মালিনী
অরেম্বনি থনগ্রবোই পাইমল্লুংদা ?

কান্নরোই হায়না নিংতুনা
মাংহনগ্রবা লৈরাং-লৈশাশিং
হুন্দোকগ্রবা লম্মাথাঙদা অরেম্বদা

তনৌবী শিঙেল চার কয়া
কাংখুল কাংখুল থুদিংদগী
চম্নবিদ'খাংঙ্‌থক্তা অরেম্বদা
করিবু তোংজবগে মালিনী'তুনা ?

লৈকোলগী মনুংসিদা ভারতকী
মাংশিল্লকলে নোংমা নোংমগী
অনৌবা চার লিংদ' মরম্না

অচুক পুক্নিং ছয়ম্বা লৈকোলশে
থোশা-খোশা বিদনা লৈখোঙ-শোম্বীনা
লাইজ-ঈশিং চাইবিদবা মরমদগী
কংশিনগ্রে লৈবাক-লৈ অরেম্বদা।
ঈশিং থরা থরা চ'ইতুনা
লিংখিবা শিংেল লৈরাংগী চার
পুক্লিং হুনা নিংখিগ্রেদো
মাদেশী লৈরাং লৈকোল ;
থাগৎনিংঙাই ওইদা হে, বীদেশ-বাশি
নখোয় থৌরাং 'শক নাইবা
মৈতৈ জাত্তি' পুকনিংদা।
চায়রুম্ববদি করিগুম্বদা লাইজ ইরিক
ইরৈবাক লৈরাং লৈপালখোঙদা
লৈশক-লৈচু থোক্ত' শিগঙনবা—
উরিবা লৈপাল লৈপাল কাংলুপ
পুকনিংদা নিংই—নোহোনা য়োম্নিং চোংলকখিনি।
লৈয়োল খুইথরম্নবা তনৌ-তনৌবী কয়া
তগৎ-তগৎ তেকখৎলখিনি বসন্ত-ঋতুদা।
ঈশিং চাইরমদবদগী
খিজিনবা হৌরম্নবা মাতৃ-লৈকোলগী দৃশ্য
লাইজ ঈরিক ফংবদা 'মুক হম্না

নিংথিবা হৌরক্লবা লৈকোল' দৃশ্য
ঊরকখিদ্রনে ইমিৎসিদা দৃশ্যবলিদো !
লৈনম ফাওরকখিত্রা য়াতি-মালিকাগী
য়েংজনিংবা, তশেংলকখিত্রা ইপূনসিদা ?
মাইথোং লাংশিনখিবা কমলগী
চুংনাঙলম্বা পুক্নিং' স্মৃতিদা
মতম অয়াম্বা শিন্নখিবা পিরাংগী
গুম্লোয় শোকপগী কাংপূলচুংদা
শাৎখিবা লৈরাং অনুতাপকী
লৈনম, অনৌবা মাঙ্গয়ানা চুম্বদা
ওইশঙু ময়াই চমখিবা শিংনগী।
থাইনগী লৈকোল অথিবা
শেম্নীদবনা মোংশোঙ ওইরম্বা
থাংজৌ পাইদুনা ময়া অথৌবা
অঙাং-নুবীমক্লা চংবা য়া-নত্রবা
অদুগৈগী ইরৈবাক লৈকোল
শেমশি 'মুক হন্না লৈবাক মচাশা
অশোঙবা নাপী-শিংবী য়াম্নত্তুনা।
শোংদুনা লৈরম্বা লৈকোলনা
অমুক হন্না শেমলবা
অমনবা মৈতৈ লৈকোলনা

অহনবা লৈরাং শাৎনকম ওইরবা
হৈরাংনা মহৈ চুমলবদা
লৈরাংনা কুপাইনা শাৎলবদা
পাৎরক্কনি মতম কুইনগী লৌনম্বা খোইমু।

খোইমু' খোঞ্জেল তাবদা
শাৎকাইরবা লৈরাং লৈকা
ওইশমু থুমজিনবা—হনখিশমু লৌনম্বা খোইমু;
হৈনৌ পাম্বীদা মহৈ অমুনবা পানবদা
শাখল তোয়নরক্কনি মীরম চেক্রা-চা
মাংতাকহনগে নিংচুনা ইজাতি হৈরাং অথুম্বা।
মখোয়দা পিজবগী মহুত্তা
উহৈ য়াহৈ থুমলবা মৈতৈ হৈকোলগী
খাক্তুনা থমশিকো—কোকিল, তাম্না, বসন্ত-চেক্রা
জেনবাগী।

লান্দাহনশি লৈনম্না মখোয়' নাতোন্দা
পুক্নিং হুনা নিংথিবা মৈতৈ লৈরাংগী
মখোয়' মকমদা ইজাতি ইরুপ ইপিজানি
য়াথলসি তৌহুনা হরাও মোমোন্না!
য়াইক্কুল বসন্ত-চেক্রাগী
থাক্তুনা থমশি বসন্ত হৈরাং অথুম্বা
তাম্নাগী কাইদোংকম শোর্বোল থিজেলগী

লিচুনা থন্নসি তমাল পাম্বী
সাহিত্য-অলোচনা তেনবা এল্লাং লৈকাইগী
হেকশি জাম থুজোক থুজোক ;
কাঞ্চি কোকিলগী দমক্তসু পোথানবা নিংথি-পামেল
শেমশিকো মাধবী লৈপাল নাক্তা তরু-তহেন্না
মপুং ফানবা ইমা সাহিত্য লৈকোল ।

---

## 'পুর্ণিমা-থাবল'

অহিংগী মতমসি থেংজিল্লকলে থোইদোক্না
পুর্নিমাগী হায়নবী অহিংদা ওইরকলে ;
হিগোক পুখম অকোনবা মানবা অতাদা
থোক্লি তগুপ তরং মন্তাম্দা থরাম্মিচাক্না ;
নোংপোক থংবা অতিয়া মকোয়দা
অহীঙবা লুপা-চান্দি মচুগী ইংলবা
মঙাল খিবিক্লা তনিক তনিকলবা
লৈতেংলক্লে নোংপোক থংবা মাইকৈ ।
মুংথিল মুংমাঙগী মতমদা নোক-খেতুনা লৈরম্বা
লৈবাক-লৈ, আতরঅলাপ, কুশুম-লৈ লৈরাংশিং
চুজিক্তি উরে ওন্না তুমিন তুমিন্না শাৎনবা ।
ইরাংনখিগ্রে মুংখিল-মুংমাঙগুম হাই চুমদুনা ;

তাইবং 'পুম্বা পৃথী মালেম লৈমাইথক
অনৌবী থ জগী ওন্না-অন্নারবী মঙান্দা
ঙৌরুনরবা চরৈ ফিশাঙ থাদবগুম্না
ঊরে—পাৎ তুরেল থিবিক্না ইচেল নাইবা
অরাপ্পা, অনকপদা তৌরিবা পামেল ঊপালশিংনা
মিশেঙ খাংনম্নে খোইদোক্না তাইবং মীওইবগী দমক
মঙাল লৈরিবৈ—অযুক অুংথিল-অুংমাঙদা
শান্নরম্বা পোম্বী চেক্লাশিং কোয়ন' পাইদুনা
ঊখিদ্রে হুজিক্কি নাইতোম তাবা চেক্লা অমফাও'
মগুণ চেনবা হি-য়ায় অতাংবগুম
শকলোংথ্রমান্নে ঙম্না চংনবী' লৈরোম্লুংদা।
মঙাল ইংলবী থাজগী অন্নবা ইপোমদা
পাইরক্লে ঙম্না নোংইন-চেক্লা অত্যাদা
ঊবদা দৃশ্যবলিশে থম্মোয় শুমহৎলবা
উতোল রাত্তেল খিবিক্না মরাই লুক্লবা
ঙাখু-থেংথুনদুনা মহৈ মহৈ অমগা 'মগা
শৈরোল শৈশাবা হৌরক্লে পাম্মু-মহাকথক্কী
লিরী হুম্বা নামিবনা ইংলবা
নকোয়নবা হুমলক্কুনা লোইরোয়নবা
থৌমল চংলক্লে পৃথিবী-মালেম লৈমবু
মুংখিলদা য়ারেকপী শেকপী
অহিংদা চাক্তাবী শেকপী

পাইথোরকলে মকোল মকোন্দগী
শান্নরক্কে অহিংসিদা থাবলগী
আহং লাইরেম্বীগী শিন্থা থোরম 'পুম্বা শিন্দুনা
পোথাপ্নে জগৎ লাইরেম্বীনা।
লাপনা উপ্রবা পোহরৈ লমদমত্তু
য়েংথোকখিবা 'মুক্তং মিৎয়েং তান্না!
কাওথোকপা ইয়ামক য়াদ্রবা মাংগী দৃশ্য
ইমা নিংবগুম নিংজগে থম্মোয় লকান্নংদা;
তরু-তরুরবা থাবলগী ইপোমলক্তা
শান্নবগুম চেক্লা নোংইন্না
শান্নজগে পলেম ইমাগী 'মাংদা
চেক্ল-চাগুম কোইপায় পায়দুনা।
থাজগী মপুং ফারবা হুমিৎ থোকপা
'পুনিমা অহিং' কৌবা হায়নবী অহিংদা
নিজা দেবীনা তাইবং জীব'পুম্বা শুম্বগুম
শুম্বীযুনে ঐবুস্ন নঙম্বাক 'থক্তা অন্নাবা
ইমা অপোকপীগী তম্বাক্তা পোথাবগুম খুয়া তুশিংপা
থাওজগে তাইবংগী অন্না-অনা খিবিক ইচং থোনা।

---

# "মন্ত্র-জগৎ"

মীওই পুম্নিগী ফুংঙাইবা মতম থরদি তশেংনা
নহা ওইবী যৌৱানীগী তাংখা থরসিদনি অশেংবা
হায়রীবা মতম্সিদা নহাক্না তোগে নিংজবা
খিজহৌরো নথৌদাংদো ভুং কোয়দবা ;
পন্থহৌরবদি করিগুম্বদা নহাকসিমক্না—
লমজিং খোংথাঙদা শকহেনবী যৌবন-রানীনা
ফংবা য়াইকো 'শান্তি-রস' হায়বদো— ।
মাঙজিন্দা, রারম থরদং হায়গে তাওকো মুন্না—
ইনখৎলকপা যৌবন-রানীগী মাইথোংসি
য়েংবদা চংখোল্লবী মিত্রংগী নিংথিবা পোৎশককুম
ভুং কোইরোয়দবা ওহাক্কী ফজবা
মৈরানবীগুম্বী — মতম থরগী ভুংদা মাংখিদবা
চংখোনবী পুজা চেংদো মচাক মরলদু
খিজিল্লকখিনি, মাংখিনি মিৎকুপতা থাজোকো
লৈশক-লৈচু হোংখবগুম্বা নাচোমলৈনা
হৌখ্রবদা অহিংগী শক্লঙ্গা থুনমক ।
শাবী শানৌগী মরন্নি হায়রিবা
শকী দেহগী লৈতেংসি
কল্লকপা লৈতে ঐনা কৈদৌহুংদা ।

কল্পকইকো ঐনা থিরগা শুমহৎপী
চংখোল্লগা য়েংবা য়াদবী ওল্ল-তৈন' মওংসি
যৌবণ পুন্সিগী মিংকুপ তাঙ্খাসিদা !
তমগে নিংলবদি মন্ত্রসি লুপ্পবী
ইনবা তারে নহাক নশানা অথাঙকনবা
ওঝা গুরুদুগী ময়াথং মপাওখোন্দ্রু
লাঙ্গনা মাইথীবা পীবা ডম্বী যৌবন রাণীবু !
মল্লনি হায়দ্রুনম্লু অথুপ্পা
লাইলোল তিল্লোল ঙোন্দুনা
শোনগদবা নত্তেদা চিঙ্খোক্কা ফোঙনা
লাংনা-লাংনা শান্তি ওইরবা
লাক্লবা 'সিশুম্বা তায়োন্নবা মতম
তাঙনা-হোঙনা পংফঙমক মফঙনদ্রবা
ইনদুনা পুক্সিংদা ওঝা গুরুদুগী ময়াথংদু
শোন্দবনিদা থল্লাই হকচাং য়াওনা
ফংলবদি করিশুম্বদা নহাক্কা মন্ত্রদুগী,
চপ চারবী জ্ঞানিগী মওং লুপ্পবী
চেকশিনবা তারে থোইনা হেক্কদুম মওংদুদা ;
মন্ত্রদুগী মরোল্সি মসিনি লাইনা লুপ্পবা—
"ফজববু উরকপা টোড়োঙুম ইখি-খিনা
অহাওবা, অথুম্বা শঙ্গোম খোইহিবু
নিংফল্লকপা তমখিবা হুপী ঈচেল ওইনা

অফবদা লমজিংলকপবুনা কনাগুম্বা বৈষ্ণবনা
থলহল্লকপা শেরাল-তুরাল পূক্লিংদা
'চৎশি হায়বনি অমম্ব: মাইকৈদা'।
চারগা লামবা, চাদ্রে—খর'ছুক মফবা চাবগুম্বা
ঙমলবদি মাসিবু শোয়রোই থাজোকো
কংগনি শোয়দনা মঙালতু ঈশ্বরগুম্বা"।

---

## 'পাইরক্লোগবা সাহিত্য-কোকিল খোন্নৌবী'

(ভি, কে,—দিলীপ কাঞ্চী, ডাঃ কমল, দিলীপকুমার)

তাথিদ্রে মতম কুইনা
নংগী খোঞ্জেল মিরবী
মাতৃ-লমদমগী নিংথিবী
কাঞ্চী পামেন্দা কাইদোংছুনা
খোংথিদ্রে থম্মোয়সি হুনা
'মুক পাইরক্করোইজ্রনে ইরৈবাক্তা?
মতম 'মা মৈতৈ লৈবাক
বসন্ত-ঋতু নাইদনা তশেংনা
লৈকোল হৈকোল খুদিংমক্তা
হৈরাং লৈরাং শাংকাইরমই;
নিংথিবা মহৈ চুমলমই।
চংখোনবা মৈত্রবাক খোংবাল লুকলাঙ
চেল্লমই অমৃত লাইজ ইচেল

হৈরবদবা চেক্লা হুংশিনা খোংবা
খোংলমই খোঙ্গাঙ হেনবা কোকিলগুম
নংগী খোঙেল তাবদা মতম 'মা।

লৈরম্বা থোক্লবদি হুজিক
কাঞ্চী কোকিল করিগুম্বা
মৈতৈ মন্নবা ফিভমসি
খঙলমগনি চেক্লা হুংশিবা
পাইরকখোবা 'মুক্তদি চেক্লা নংবু !

ইচেল নাইবা তুরেল খোংবাল
ইচেল্লম্বা মশাগী লাইজ 'পুম্বা
ইচেনশিত্রবদা লৈনাঙ ফাওবদা
ইচেল হোঙবদা মখোয় 'পুম্বা
উরে নহাকথক্কী রাশকপা কোকিল।

মৈত্রবাক্কী অবাবশী মতম
ইরৈবাক্কী য়েংবদা পি তারবা মক্ষম
য়েংলখোনে 'মুক্তদি শোম্নবী চেক্লা
করিগুম্বা কংজরবদি নশক উজবা
কোক্কনি খল্লি ইমাগী অল্লাবা।

হেমন্ত বসন্ত নাইনা শাৎপা
হৈরাং লৈরাং শাৎকনি মতম খুদিং
লৈতেংগনি মাতৃ-লৈকোল

ইচেল লেপপ্রবা চন্দ্রনদী ফাওবদা
ইচেল্লকনি নোহৌনা 'মুক কোকিল।
নংগী রাশি লৈবা চেংলৌ য়েংনগদবগী
অরাপ্পা, অনকপা লৈনবা
পোম্বী চেক্লা কাংলুপনা
খোৈরাংবা মিৎয়েংনা য়েংনদুনা
ঙাইনরী অকঙবা উশাদা কায়দোঙদুনা।
নহাক্কী থুমলবা মধুর-বাণী ব
ভাজগদবগী পুক্লিং হুবা বাক্য-বাণী
শাওহংলিদো নোংমা কাঙদনা
থ্বাইরম্বন্দ সনা লৈথেল লাইরেম্বীনা
'কোকিল পুরবপ্রা ?' হায়দুনা।
শকথীবগী ঈকাই-মৈশা লাংদুনা
কাক চরোইগী মমাংদা
চেংলৌ উৎলরোই 'মুক হন্না
পুক্লিং লুপন্দুনা থ্বাখলসিদা
শকলোৎলিব্রা হুজিক ফাওবদা
হঙোয়রুন্দুদা চেংলৌ শক্কী
শায়নবা ঙন্নদবা পোৎশক মখোয়গী
পাইরি মনি-য়ায় অভাংবা নগুণগী
মুংওনবা খোঞ্জেল্লা লমজিং মৈরা ওইদুনা
চাকথেক্কহল্লুরাওনে কাক চরোই তোংবা মকম

মৈতৈ কোকিলগী সুংশি খোজেল তারবা
করিগুম্বা, মীরম-চক্রা-চা মীনোক চাওবা
হনখিবা রাই মরৈবাক উমং-রামঙ তম্না
তাররোই খোঙ্গুল কাং-তুমিংকী অপীকপা
থুইক্লম মোমোন মীনোকচরগনি মৈতৈ লৈমা॥

---

## "কল্পনা জগৎ"

হিরাক্লরবা হিনা লৈবগুম
অচৌবা লাইজ্জ ইপাক 'য়াইদা
কোইহুম হুমহুনা, পোম্রেপফম খঙদনা
হিথুংফম।

মফম মরাং থঙদ্রবা তাইবংসিদা
জিন-কাংগুম মতম ঙহাক্কী পাইজবা
উচেক-রায়াগুম লৌশিং 'উফম য়াওদ্রবা
থম্বীরমলে ঐহাকপু সংসারসিদা
ওন্থোকপনিদকো!

মিং পান্দুনা উ-নবা, না য়াওহুনা তা-নবা
কোক্কী মপুংদা য়াওহুনস্থু থোপ রাখল তৌনবা
মিংনা উহৌবা—নাকোংনা ফংহৌবা

রাখলনা লান্থা ফংজহৌবদগী
হেনজদরে অতৈ 'মা।
উগী হংনা শাবা ডারু-মূর্তিগুম
য়েত্তু মনা কুবা লা' থিগী মওংগুম
ওইহন্নিংবতা ওইহনবদৌনা হৃগীমচানা
শেমলিব্রনে তাইবং মপু নহাক্না
মীওইবা ঐহাকপুস্নু—!
সমাজগী মহুংদা লৈরিবা
অতোনবা, অচৌবা, অমাঙবা মাংদবা—
ব্রাহ্মণ, নিংথৌ, চাকনিবা, মিংতাঙবা
খায়ব্রনে নকাদস্নু তোঙানবা বর্ণ
মান্নব্রা পূন্নমক—?
সমাজ' মহুং মপাল উ'ঙম্বা
পান্নম্বা থোক্লবদি মিং মথল'মা
খঙলম-উরমগনি মরোল তরা
ফংলমনি বুদ্ধি লৌশিং মঙাল'মা
হেনবা, চৎন-লোনচত্তুগী।
শোয়রোই নোংমদি মৃত্যু-রাজনা লমজিংতুনা
চৎখিনি হায়বসি থঙনা থঙনা তাইবংদগী
কাওহল্লি নংনা মীওইবা ঐহাকপু—
ইনহুং-লাইজমুংদা লৈবা লেমলৈ-তাগুম

শোনগৎলকপা মতমদা খঙহল্লি
পাওতাকসি মমল্লবা।
খাঙবদা কল্লবী, চাদ-থক্তবদা মাধবীগুম্বী
ওইরম্বা থোক্রবদি অহুম্বী ঊইল কনবী
ফংলমগনিকো শোয়দনমক্কী
অঙকপা মঙাল অমথক
তাইবং শেম্বা মপুদগী।

---

## 'যৌবনগী পাঙ্গল'

মতিক ময়াই কারবা, মীওই পুন্সি মতমগী
খ্বাইদগী খোংদাফম ম্নারবা
তাঙ্গানি ইনখৎনরকপী যৌবন পর্ব্ব মতাংনা
ছোঃ থাকপগুম ছায়-তিথংনা ;
নেত্তুনা পুন্সি পন্থুংফম তাল্লে খোংথাঙহুনা
চথোকপা ইয়া য়াদ'গুম থংলিদো
তাইবং মপু' ময়াথং খিবিক্না তশেংবা।
চৎকহুশি কদায়নো—খঙ্গান্নরবা মতমনি
ভুংদা তাম্নরক্কবা নোংশা পাঙ্গলবনা
শজি-শঙাইনা তৌবগুম দৃশ্যহু য়েংহৈস্রবা

অম্মা 'মতনি যৌবন-পবর্বগা মীওই পুন্সিগা।
অমরোমদা হায়রগা শকথেবী যৌরাণী-তাঞ্জা
খুদোংথীরবী, নোংজু-থাম্নুংগী শিঙেল থরোগুম
শাংচবী পুম্নি লাইজ ইপাক্তা তনিক তনিক্রবী
মিৎয়েং তানিযু 'মুক্তা—পুস্প-বর্ন ওইবা
শিঙেল লৈরাং কাংলুপশিংদা নাইত্তোম ওইনা
য়াইদো শোন্নবা— 'লাইবক থীরবী কা হেন্না'।
চন্দ্ররাজ কৌবসিসু রূপ-গুণ চংথোনবা
প্রেমিক অমগুম্বনি সুংশি-আশা রাখঙবা
ফনমক য়াম্না নিংজরুহুনসু নোংজু-থাম্নুং' অহিংদা
চান্নবী শিঙেল থরোগা, থম্মোয়'র'রম শেংদোক্লবা
চন্দোকচরক্লুনসু প্রেমিক-থাজ তন্না খোংদোই
পিরিদো 'সিদসু য়ৈথাই-থিঙ্গায়বা কোঙ্গায়'মা
ফিমু ফিবোঙ ভোবোঙ ইনবা, ত.ল্লুম্বা—
অঙোম নোংবান লৈচিন নোংফাই কাংবুনা;
ফনা থোরাংজহুনসু উইল কনবা চন্দ্ররাজ থাজনা
ফাওহনবা ঙমদ্রবদা মশাগী অহিংবা মঙাকদু
শকলোংলুহুনসু মতম থরা যৌবণগী
খেন্নবা লৈতে শানৌ অমগী পুন্সিগা।
য়ৈরকপদা যৌবণ-পুংজা মথং মথং
খাঙবা ঙম্নদে থোইদোক্না শাবী শানৌ
হুরা-পাথং থম্মোয় ইরাং হৌনবা

শেমগৎ-শাগৎনৈ থোইদোক হেন্দোকুহুম
পুন্সিগী লৌবুক লমহাঙদা লাম্বেংনবা
য়াওখ্রবদি করিগুম্বদা লালসি ওমহৎপা
পাইনা-পাইনা খুৎলাই খুত্তা
থাবা ওয়্নদে খুৎলাই য়াওবা লান্মীগুম
লান্মীশিংগী মকোক গুইরিবা মীশক্তু
হুপা নত্তে পাঙ্গল লৌশিং চাওবা
হুপীনি — হুপাদগী হৈশিং-থোইশিংবা
মন্ত্র-যন্ত্র হিরম থৌদোক কয়ামুক্তা
মাগী শক্লোল কিনা-কিনা কিদে উবমক্তদা
শক্তমদি হায়নবী পুবিনি অঙকপী কংবী
জগৎ তেংবান-সংসারসিগী মঙ্গুংদা
অথোইবীনি তৌঙখীসিনা পুন্নমক্তগী
থোৎন-নৌনা মিংদা চংথোনবীশিং' মরক্তা
অহেনবীনি 'যৌবণ-রাণী' কৌলোয়নবীশিনা।

## 'কৃত্তি-পুরুষ'

তোংজন্না আশাগী হি'মতং
পাকচাওরবা যৌবনগী

ইপাক' সিমতং লান্নোকচদুনা
মৈথাই খিঙ্গায়রবা কোঙ্গাল্ল'মা য়াংগুদনা
হিথুংজনিংইদকো ইপুনসিগী
থুংঙমদ্রবা জীবন-সমুদ্র !

ইপাক্কী তুংদা য়েংউরগদি ইচেল লান্নোরক্লবা
থোইনা কন্দে ইথিল ইরৈ'শুম্না
মতাংসিগী ইচেল' ইথিন-ইরৈ উপোমদি

থোইনা কম্লিদকো কৈবাকমচাশা
হৌখ্রবা ইচেল কয়া হিহোনজরকপদগী ;
ওইরব্রা ইপাকসিনা অরোইবা হিহোনবগী ?

নত্তেদা, — রাংলি ইচেল কয়ামরুম'মা লান্নোকখিদবা
হে, মুপা অনৌবা হিরোইগুম্বা
ঙম্মরোই লেপলব্রা পাইম-নবুক্লিংদা—?

নত্তে, — নশাড়ু য়াম্না চোকথনা উরে — কৈথোকখো তুম
ঙাক্কুং পোপ্পারে হায়রগা রারবা দেহ'ড়ু
মুপামচা থোক্না 'মুক্কুং নহাক্না

অখাঙ কনবী নোরেল খুৎতা পায়খৎতুনা
নোখৎ-তোয়না নোহোক্তুনা
কল্পবা ঈপাকসি— খুনমক লাম্গে কখিনবা

হোংনখ্রোনে হিরোই—ছম্না য়াঙ লাম্দোকখিবা ইপাকসি
অতৈ অতৈদি মণ্ডল্লখি লানবা ভারতবাসি কয়াম্দু
ইপাকসিদগী খরতুক মহন্তনবা ;

নহাক্কা লাম্দোরকপগুম্না তরাই তরাইনমক।
অতুগা নহাক্কম্ভু ঙমলরোই খন্দুনা
কনথগে ক্ষৌরিবা ইপাকসিদি

থোইনা উদে লাম্দোক্কখিবা ভারত বাসি কয়াম্দু।
অযাম্বা ইরৈবাক মচা কয়া কয়া
কৈম্দু লৈতবা ইচেলগুম খন্দোক্কুনা

হিহোম্নরকলগা মখোনা মরিঙজেল ইক-ফদোক্লা
হিরাক্কখি ইরৈ ইপোম ইথৌ চৌদনা ;
নো হোংনা-হোংনা মখোম্নুনা

থাদোক্কখি য়াঙবী মথক্লাই মহৈ মহৈ মিংকুপাতা।
নংদি নোনা লাকপা মাল্লি হিহোনবা
নংনা মাসিগী মাংদা হোন্দোরকখিবা

ইচেলতুগী হোহোক্তু, তোপ তোপলবা
হোল্লুদনা কাল্লগুম 'মুক্তুদি কৈদৌবগে
চন্দ্রবা হিসি—য়েংখি চৎলকপরা

বেরা চক্রি থাঙলবা লেং-ঙং য়াত্রবা নৌরেলসি
  য়েংশি, লেংলক-খোৎলকপ্রা হায়বদু
    করিগুম্বা লেঙবা য়ারবা নৌরেন্না
ঙংপা-হোনবা য়ারবা য়াকলৈ-হিরেন্না
  মাতু ওইর' দি মতম চারিডৈ তাঞ্জাবা
    তাঞ্জ: ওইরিডৈ খুদোং থোকপা
খা করক চিকুনা, খোৎরাংখোনে সুপা হিহোন্নবা !
  নহাক্না লাইবক ফৰদগী
    সুংঙাই-ঙয়াম্বা নপাওখোল
পাওদম্লখোনে ইরৈবাক মচাশিংগী মফমদা
  অঙকপা, উ-নদ্রিবা পুন্সি সমুদ্র' মরমদা
    থাদোক্লবা অতনবা আশা
লাইবক থম্বাল শাৎতুনা হিহল্লকপা ডল্লবদি নহাক্না
  কৌজগে মতমতুদা নংবু 'কৃত্তি-পুরুষ' ।

---

## মাতৃ-লমদম

সুংশিরবা ইরৈবাক লমদমগী বিশ্ব-রস খোইথুন্নবা
চিনীগী শরুক য়াওদনা — থুম্বগুম অচম্বা ঈশিংনা
চিনীগী শরুক্না তিন্নরবা লাইজগুম মহাও তংবদা
থোইনা হেন্না মনম সুংশিনা ঈশ্বরগী চর্নামিত্রগুন্নদনা
ইংইদকো থম্মোয়সি ইরৈবাক্কী বিশ্ব-লাইজসি খিকচবদা

চাউথংলবা বীদেশী পামেল উপাল উশাদা
কায়দোঙ্ছুনা অন্না-পোথাঙ্গরীবা থীনা খোঙ্হোক লময়োবী
ইরৈবাক্কী পোম্বী চেক্লা-চা 'মনা খোংজবদা
হেল্লি — খোঞ্জেল মেংবা তশেংনমক কোকিলদগী নিংথিবী
চেংলৌ মশক য়েংবা য়াদবী মৈত্রবাক কাক 'মনা খোংবদা।

চিনী চম্পা্রাগী মতৌগুম্লদনা ইরৈবাক' লৈরাংসি
লৈনম চাওক্রবী শিঞ্জেল-লৈরাং কাংলুপতা থোইদোক্লা
শিংথানবা য়াওই তশেংনমক বিশ্ব-শিঞ্জেলসি
ফাওরবা মীশকশিং— পৃথিবী' মমিং চংখ্রবা তৌ'ঙ্ম্বনা
উশিত্তবা, অমোংপগী ইং চল থাজিল্লক্কে ইরৈবাক তীর্থদস্মু

কনা কনাগুম্বা লুপা লুপী অমনা মৈতৈ লৈবাক্কী
মবুক্লিংগী অরেম্বা আশাগা লোয়ননা
তীর্থ সনান তৌজগে হায়রবদি মাতৃ-তীংসিদা
পাপ কোকচনবা অমাংবা থম্মোয়-লকাম্লুংগী
ঈ চেনবা ভাই — ভারতবাসি অমগী অথাবা লিংজেল
বীর-পুরুষ অমনা তৌবগুম্লদনা পোক্লফম লমদমগী।

মৈত্রবাক পোইরৈসি উবদা লুক্লিং লুংঙ্লবা
য়েংলুবদা য়াত্রগস্মু চাংদম্লবা বীদেশী দৃশ্য কয়াদুগা
শানৌ অমগী পুক্লিংদা পোক্লফম লমদমগী
চংলক্কনি চাংদম্লরকপা রস গুণ অথোই-অহেন

হেল্লকনি অসুম অসুম্মক মহুকনিংদা মাপী
ইরৈবাক্কী বিশ্ব-দৃশ্য কয়াম্না তশেংনমক ।
'চমলে' হায়রিবা ইরৈবাক্কী
প্রেম-রস য়াওবা ইচেল—
মহাও তংল-তংলগা হেল্লকনি
থরা থম্মা অসুম অসুম
মীরৈবাক থোইহিদগী থুম্বা ;
থাজদবা তৌগঞ্জ নৈবাক মচাশা:
ইরৈবাক্কী ইপোং-ইচৈ — প্রকৃতি বস্তু-বর্ণ-রস
হেল্লবসু মীরৈবাক লমদমগী অরংবা কয়ানা
ময়েং তাদে ভারত ভুম্মিগী উমং-রামংগী পোথোক
রাক্তে — মহাপুরুষশিংগী জীবন-চরীত-তত্ত্ববলি
অথাবা ভারত দেশকী ইতিহাস লমাইদা
শোল্লরবসু কাকী পুন্সিগুম্না
ওইজরীনে কোকিলগী শুমহৎপা।
তাংন-হাওলবা তোওনা তাংশিল্লবা
পোংশক 'মতং পুশিন্দুনা ইরৈবাক্তগী
সনা নৈবাকাসিদা নৈতবা পোংশক কয়া
বীদেশী নৈবাক কয়াদগী পুথোরক্লবা
শেমগৎ-শাগৎলো নৈবাকমচা 'পুম্বা
শেন-থুম লুপা-শংবাগী মহুত্তা
মাতৃ লমদমগী লংথৎপা মিংচৎ পুশিন্দুনা।

---

# মাধবী অমস্তুং কমল

মমিং চৎলবা কবি-কোকিলত্নুনা
ইরৈবাক মহুংদা কল্পনাগী মতেংনা
য়েংবদা চংখোল্লবী কুজা যুবতি ওইবীগী
অরোইবা নিংথিবী দেহ হকচাংগী
কয়াৎ 'পুম্বা লৈডাং শগুলবা
ফিজোলগী ভনান-তরু-তহেল্লবা
তাইবং ত্যাগীনী লম্বোই-ভুবোইবীগী
ফিজোলনা যৌবণগী কজবী লোৎচরীবীগী
য়েংলত্তনা মতো শাংজোলদু মুন্না
হায়রকই অস্থুম্না চিংন-লেমনা—
"মাধবী ! মতম কুইনগী তুংদা
উনরেদো ঙসিদি কাঞ্চি পোইরৈদা
মীওই পুন্সিগী মহুংদা নহাক্না
খঙদুনা যৌবণ রাখল ভুংওইনা
ইনথৎলকপগী আশা থাদোক্তুনা
স্বার্থত্যাগীনীগী শক্তম লৌতুনা
মতম 'স্নুক শাংলবা অসি
কদায়দা লেল্লুবা পুন্সি নহাকী— ?
ঐস্থু পামজৈ থোইদোক্না মাত্নুনা

অশেংবা ইচাক ইরল ইপুন্সিগী
ওইরবনিদো মাতুনা তশোংনমক ;
ঐনা য়াংনা থাজংলি নংবু পুক্লিংদা
কনাদসু ফোংদোকপা লৈতনা নঙ'নরমদা
নহাক্কী অথাঙ কনবা পুকচেলতুনা
থমলেদো কাক্কীদগী হেন্দোক্লা
মিংচৎ-লৈনম মণিপুর শিনবা থুংনা।
নুংশি লাংদো থুবা উরীরৈদো নতারোই
থুংজল্লে মাগী নিংজ-আশা মপুনসিগী।
অপাম নুংশি থুংনরবগী তুংদা
শোঞ্জরমই ঈকাই খীরবী মহাক্কুনা—
'মতাংসিদা ইতা মাধবীতগা থেংনরবদিকো—'
হায়না—অয়াবা খোঙ্গোক্তা থম্মোয় কায়রবা।
ঙাওচৎনরম্বা নহাক্কী নুংশি-আশাদা
শ্রীধীরেন্দ্র সিংহ—খঙখিদ্রে মকম ময়াঙ
নহাক্কেবু নত্তুনা ঐহাকপুসু মহাক্লা
নিন্দা তৌখিমাম্লে মবুকনিংদা তাশংনা ;
ঙসিদি মাধবী ঐনা নহাকপু—
খন্দুনা কাক্কী থুনগী পোকমিন্নবা
ইচল-ইচা 'মগুম নুংশিজরুবী
হায়রমশিরা খল্লি পুকনিং য়ারম মমল্লবা।
সংসার ত্যাগ থাদোক্কুনা 'মুক হন্না

চুংশি শকথঙলবী তুক্কা রনণী 'ময়ুম্না
লৈরোদনা হাম্নকুম কাক্ষী লমদম নয়ুমদা
নংনা য়ুমদা লৈবদা, ধীরেন্দ্রসিংহ মাংখব —
পুক্লিংদা নিংই — উবা ফংগনি নৌনা 'মুক ;
মীনা ডাংন-শঙ্ক' রাইে ম্নারেল নোঙ্কবগী
মতম থরদংলগীনি চুংকোয়রোইনে — ।
চুংশিবা, অশেংবগী দমক্তা শাবী শানৌশিংনা
থাদোক্লখিবা মথক্লাই য়াংবী নাচুঙদনা
তারিবনি নংঙ্গ নাকোংনা চুতিজারবগী
খঙলিবনি চুজিঙ্গী চুটু-পাখং' ঈচম
অতুনা হুজিংও — ডাক্লো মাধবী নহাকমু
চু শিবগী বাক্য-বাণী মঙাংদো
চুংশিত্রবরনে নংগী প্রেমিক ধীরেন্দ্রনু — ?
ঐনা নংবু কোংদো রিবনি
খন্দনা কাঙ্গী পুনগী ইচেল আংদো
দোষ তৌগনুকো নবুংময়কপু মাগদী
কোংদোকউ নবুঙ্গিং' অাম্ম চিংলনা ।
লৈঙাং শংবী যুবতি চুজ রমনীচুন
শিঙ্কজরচুনা ঈকাই-চুংশি মানঙরবী
প্রেম থাক্ল লাইজ ইক্লা মিংমনা পাবালনা
মক্ক লুক্কনা মরাল লৈরবী লোনীনীগুম্বী
পাওখুন-রাকংচরকই 'সুম্না তান্না চরবলিঙ্গা —

"করি য়ানো তাইবুংঙো নচন্দি
মীওইবা সমাজসিমক্তা মোংলবা
তিন্নজবা পামজদেনে ননাওদি
য়াথলসিগীদমক্তা লেপচরবা ;
ইমা, ইপা, শাগৈ নাতৈ থাদোক্না ডুনা
হিংনা শিরবা অঙকপা জীব মখল 'মওুম্না
খোংদা লংগুঙ থাঙলবা শেন্দ্রাঙগুম্না
নৈলজরবী য়েহাক্লিদো ইরাইবক থীনা।
খোই-চাক থাবা তিননি খঙনা-খঙনা
চেনশিনজরবা ইচা থোনা
লেমনৈ মক্তাকুদি অখন্নরবা
পাংথোকচগে লেপচখ্রে ইথৌসি মরু ওইবী
ইপুন্সি চুপ্পা অসিমা অস্পষ্ট।
করিবু কান্নদগেনে চুজিকপু অমুক
পুকচেল হোংবগী আশাত্তু হঙ্গোয়রবা
তাঙনা ফংবা—হোংন-ফংনরবা
মিংচৎনি হায়ত্তুনসু মমল অকাবা
করিবু কান্নদগে নৈহোবা ফজরবা মিংচৎ 'থীব ?
য়েনা য়েগী ইপুন্সি শরুক অয়াম্বা
মাংলক্রবা পামজবা মরমসিগীদমক
চুজিকপু অমুক—থাদোক্রবা ইথৌদাঙ
কায়রবা য়াশক'-মুক হন্না

করিবু কান্নদগেনে তাইজো মাতুনা !
মপূন্সি শরুক অয়াম্বদা
তাঞ্জরকপা মচাক মরল মপৈবু
লাইবক-মঙাল থোক্কবা অরাবা ঙমিং'মদা—
নোংমা মূনবীহৌরবা ডাকুনা অশোঙবদা
মশামক্কী আত্মামকপু লোইশিন্দুনা
লংক্কে চৎপা নাইতোম-তরক কনাগী
করিবু তেংজবা অতুম্বা থৌদোনা ?
অরেম্বা ওইরে ঙম্ন নম্রনে তাই'জো !
তৌরবদি থবক—হোৎনখিবা তারে ঙম্নবা
অরেম্বা আশানি মাসিনা লচনগীদি
ইমিং 'মাধবী' কৌবিসি হোংদোক্কনা
পামজদে কৌজবা 'শান্তি চন্দ্র' হায়নসু
ইপুনসিগী মতাং — যুবতি ওইবীগী থৌনা
তিঞ্জগ্রগে অরাবা লাইজ ইরোনহুংদা
কনাদসু ফোংদোকপা লৈতনা লোন্ন-খুপনা।"



হায়রিবা লৈরাংসি গুণ চেন্নবী
মমিং চৎলিদো মৈতৈ সনা লৈরাংক্তা
থোইনা হেন্না লৈরাংগী গুণসি
অফাওবী লৈরাং অমনি
মনিপুর ইরৈবাক্কী মতুংসিদা, শিঙ্গেলনি —
লৈমা-নিংথৌনা শকথঙবা লশিং-লৈ।
পাইতবকপা খোইমুগী জাৎ কয়া কয়া
খঙদ-উদবা লৈতে লৈরাং' কৌরকক্কম ;
থাংজেংবগী জাৎ কয়া — উৎ চায়তুনা নমিত্তা
নমথবগুম সনা লৈবাক মীরান মীতোপলা
উন্তাও ভাওহনখি খোইমুশিংসু
লোনম হৈবী শিঙ্গেল লৈরাংসিনা।
কুমজা কয়া'মা কুমঙনাথে
লৈরাং শক্লোংখিবা উদগী জগত্তা ;
ফাওখি-নমখীজ্রবসু তুংশিবা লৈনম নাক্তোন্দা
অঙকপা 'মা ওইনা অঙকপশিং মরক্তা
শোন্নরীদো হুজিক ফাওবদা
সনা লৈবাকী মকম মফম খুদিংমক্তা।
থিন-ক্ষুন্নরী কোইভাওনরবা থাংগো নহারোমশিংনা।
লৈরাংতুগী অকনবা মিংচংকী মুমাংগদ
হুপা ওইতুনসু অকনবা ঙমা নত্তে পাক হেক
থোং-.নানা কনখোরবী নভুণ-বীর-রসতু

শিঙেল লৈরাংগী পুকচেলনি তপলবী
হুংশি হৈতনা মেংলবী তাম্নামক্কী সুরবলিনি
লৈরাংসি গুণ চেম্না তোপ-তোপলবা।
য়েংবদা কি-হঙ্গোয়বা পোক্লরবা
শামু লোংশাগী মপুন্সি অসি—
কারবু কান্নরিবা মাতুনা
করি লৈরিবা মখোয়গী বুদ্ধি-কৌশিং ?
অঙকপা থৌদানবা মীওইবগী মথক্তা
হায়বা য়াই পোকপগী কান্নদ্রবা :
খবাক্লি হায়দুনসু মীনা তৌঙমদ্রবা
চোংশিল্লুরগা মতম খরদং মাংজিন থাদুনা
কাকনা নিংবগুম পুথ্রি ঈশিং লোইনা থক্কে
পিক্লা গুণ চেনবা তৌরম্নগা খবক 'মতং
ফখিগোইদ্রনে শিথি-নাথিবনা
শিঙেল লৈশক্কুম মিংচৎ থমলমদুনা।
অমরোমদা হায়রগা মিংচৎ হায়বীনি তাংলবী
ফংগে কাম্বরগা পাক-হেক
ফাবা য়াবা নত্তে হেকমকসু
তৌরিবা থবক্তুদা শক্তিক চানা
পাঙ্কল লৌশিং লৈদুনসু ওইখোকপা য়াদে
তাহবং মপুগ্র য়াথং য়াওদনা।
খুঙরুম মোমোল মীনোকশে হাম্বদুনসু

তুপী তুঙ্গা চন্দ্রনা ওইবীশিংনা
করম্বনু লৌরুশিংগেদো
'তুংশি মীনোক্নি' হায়বঙ্গু !
বাণড়দা কাম্না ফিগী আশা পিরুগনি
অরেম্বনি, কান্ন-তংজ্রবা পুম্মক ।

চন্দ্ররা মপোক ওইরবনু
শিংঙ্গেল নৈরাং নৈশককুম্না
শক্তি ইরাও য়াওনা
মাংখি-তাখিরবনু
থংগংচরী ঐহাক্না
অশেংবা অউবা কনাগুম্না ।

———

## "নয়ণ-প্রকাস"

শাই তিজাঙ য়োংশিনা
থাগ্রবা পল সমাজগী
শোকন্নু-খাংনুবদা থকিত্তুং
খোং-খুং'নিদা মীওইবগী
হু কাগদবা লিলনা চিকপ●ম
ঈ শোক্কদবা য়াম্না নানা

’শুক থাংলম্বা পল্লোলসিদু
নশা নউ ইয়াঙ-য়াঙনা
থাওমৈগুম্বা নঙাল ’মতং য়াওনা
লাকইবা শরূ-শরাঙ খিঙবগুম
পাইরকইবা হে, লাইরেম্বী !
লম্ফাংলবা সমাজগী
মতমসিদা মীওইবগী
তাকে থোরাংলিবোই নহাক্না
অচুম্বা লম্বেল পূন্যগী !
থম্মোয় লকাক্লুংশি মমলবা
ইচিন-ইনাও ’পুম্বা
চুথংলিরীবা আশায় মঙাল
লাইরেম্বী থোরাং ওইরিবা
অঙকপা নতৌনে নহাকশো
চিং-হুং-মাহুং লোকহুংদা
তাল্লুবাদ খোমলেল-তুমথুল
শিরুত্রা নিংজ’ বিদ্য-রতন ?
ইপাক মাংমা, তোর্ববাল ’সোম্বগী
আশাগী খিঙেল তোংহনা
অরা-ঙনা কয়া থেংনহনা
ঈকাই-ইকি কোজায়’না মায়োক্নহনা
মাংলুরবা কুমজা চহি কয়া

তাল্লুবরা 'কুন্তি-রাজ' মিংথোল ?
রাখলাসিদা উঙখিন্থুনা
মতম কয়াম চংন্থুনা
হোংনকুল্রা থৌরাংসি অথোইবা !
( নঙ্গ্রেবু হায়রগা — )
কায়নবা য়াওব্রা নথংলেল ?
শেংনবা য়াওব্রা নপাক্সী নমোম ?
খুঙজন্দ্রবা অচুম্বা মশক
মমিং তাঙলবা পাংন-পাংনা
উজনিংবনদি তাঙনা মমশিল্লবা
উবদা দৃশ্যসে তোপ-তোপ্পা
পাইরিব্রা মুংলি মুংলি
নোংজুখাগী অহিংদা নহাক্না ?
'সুক য়াম্না মমগ্রবা
অহিংসিদা অপংবা কাংবুনা
খঙনদ্রন্থুনা লম্বেল মশক
চংনবসি উবদা মা মাঙ্গুনা
অচুম্বা লম্বেল — 'শেংবা জ্যান্নি
উংকে হায়বগী আশাদা
নশাদা পুক্তগী মঙাল য়াঙনা
পাইরিব্রা সনা লনজাও ময়া নক্না ?
অহিং নত্রবন্থু থাসিগী

অহিংদসু লমদা পুর্নিমাগী
ইমম মম্লবা—অক্ষা'মতনি ;
পঙলবা ইথুৎসি শমবীত্না
শিঙনা চৎনবা ঙম্লদ্রবা
লমজীংবিররোনে থৌজাল হৈরবী
মতম্মি ঙাকপিদ্রবা
ঙসি হয়েংগীদমক্তা
ঙাইজবা ইপুম্বিনি 'মৃত্যু-সময়' তবু

---

## 'প্রকৃতি অমসুং জগৎ-কল্যান্দ'

মনিপুরগী মতুংসিদা মমিং চৎলবী
লমদমদা বল্লনাগী পুক্কিং হুরবী
অনৌবা লৈকোলক্তুংসিদা চেবাংগী অঙৌবা
কলম 'মতং পাইজদুনা য়েন্দাইগী মওং ওইবা
হৈ লৈগী মওং ওইনা মুক্কী ইচেন্না
ঙাহন্দুনা অঙৌবা চেবাংগী মথক্তা তন্না-তহেন্না
লৈ-শু হৈ-লৈ কংশিল্লকপগুম মালি দেবীনা
লৈকোলগী মপুদা খুরমজবা ভক্তিগা লোয়ননা ;
কনাগী কল্পনাগী লৈকোন্দসু মপু ওইবনা
কংশিল্লক্রে মবুক্কিংগী ৱাখল হৈরাং লৈরাং

লমদমদুগী মপুদা কল্পনাগী লৈহাও চেনবী ।
তাইবং সমাজগী হৈরাং লৈরাং খিবিকা
খেল্লবগুম তৌই কল্পনা-পুষ্প খিবকা
য়েংবদা পুক্নিং হুরবী, ঊবমক্তদা পাম্নরবা
পোৎ-চৈ প্রকৃতি-মচাক মরল ওইতুনসু নিংথিবা
লৈগী লৈনম মালংবনা হুমদুনা মাংহনবগুম
ওলাংথাদা কোকিলনা মফম হোংথিবগুম
চাংদম্নবা য়ারোইনে কনা হোৎনদুনসু ।
"কনানো মুপা চাংদম্নগে থৌরাংলিবা !
চাংদম্নবা য়াগনি ঊরক্লবনে নবুক্নিংদা ?
ঙাইখো, ঙাইখো, হে মুপা মহাপুরুষ
কদায়দগী লাকপনো নহাকপু
ফংলবা জগৎ-জ্ঞান, খঙলবা ওম্না চৎন-লোনচৎ
রাঙ্গবা ওম্না পাঙ্গল শক্তি পুন্নমক
পুক্নিংঙরনে য়াম্না তৌঙবা 'দুম্বা — ?
ওইরবদি ঐনা হায়রি' অসিমক্তা
'ঙমগনি' খল্লি পুক্নিংদা নিংঙাইদনা
মা হায়গে ঐনা হান্না মমাংজৌলনা
মীওইবা হায়বসিসু লৌশিংলবা !
লৈরি হায়নরীদো জীব খ্বাইমকী মথক্তা
কাইদোঙদুনা লৌশিং' পাম্বৈ-কৈরাদা
মাদু কনা ওইহুনসু হায়রিবা মওংসিদনি

পুন্নমক ওইগনবা থল্লি ভঙ্গ-রস ।
সমাজগী মতুংদসু অসিগুম্বা অঙকপা
লৈ লাকইবনে পোৎশক ওন্থোকপা
য়েংবদা মিৎসি নারবা য়েংনিংঙবা হন্নমকপু
অতুবু — য়েংলু-উকরগদি করিগুম্বদা
পোকহল্লকপা গুম্বা থোইনা হেন্নদুম উনিংবা
'মদি—মরাইহে মপাওখোল তাবদা
পোক্করবা হঙ্গোয়নরবা নত্ত' মরমচৎতুগী
লৈত্রা মখোয়বু উবদা ঈকাই-খুম্নবত্থ— ?
কল্পনা রসকী মপাঙ্গলসিসু ভশেংবা
অম্মানি — চপ মান্নবনি মাসিগা ।
অতুনা হুপা নংনা অচম্বা ওইরবদি
অরেম্বা তাগনি নংগী হোৎনজমল 'পুম্বা
নমাই লৈরো ঐনা হায়রিশিনা চুমলবদি !"
শক্লোল কয়ামরুম পুরবা
মাইথোং মকা লান্না
অঙকপা বীর্য-তেজগী শক্তিনা
নুপাতুনা হায়ঙ্গরকই 'সুন্না মোল্লুক্না
প্রকৃতি দেবীগী মক্কমদা তপলপা —
"নিংশিং-ঈপোম লাংবিরীবা 'পুম্বা
অচুম্বা অশেংবনি খঙ্গে ইপুক্লিংদা !
মাইহে মারোল 'পুম্বা থুক থুক পাল্লি থম্মোয়দা

কল্পনাগী মগুণ থিবিল্লা ঐভোন্দা।
তাবিয়ু ঐহাক্কী ইল্লাহৈ অশেংবহু 'মুক—
'কল্পন:' হায়বা শব্দাসি মেংলবী
চাওগে ঙম্বা, পিক্কে ঙমজবা
অমরোমদা শিংথাল্লগসু 'কল্পনা'
য়াম্না তাংনা ফংজবা পোৎশককুম্বা
মমল কাবা য়েংখোক্লগা—
করিগু লৈঙবগুম ঊহল্লি মীওইবগী মমিত্তা
ফংগে হায়দুনা মীওইবগী যন্ত্রগী মতেংনা
করিসু কান্নবা ফংলোই
তাগানি ঊৎতা ঘী হৈবা
মাগা চাংদম্নবা য়াবা পোৎ-চৈ অতৈ
লৈতে জগৎ তাইবং পানসিদা
করিগুম্বা পোৎশক 'মতংবু
চাংদম্নরুবা তারবা কারগুম্বদসু
অচোবা পোৎশক পিকশিল্লে
মমল য়াম্বা সনা লুপা হিরা মনি-মুক্তা
মমল হল্লে, মগুণ মাংলে মিৎকুপতা।
মশক খীবা কা হেন্না নিংথিরে
মশক কজবা লময়েনা য়েংবা য়াদ্রে
চাউরে পিকশিল্লে—পিকলে চাওথোকলে
কয়াদা খেন্নথ্রবা, ওন্ন-তৈন মওংনোসে— !

যন্ত্রগী মপুংদসু মীওইবগী বুদ্ধি লৌশিংগী
ঈশ্বরগী তৌবক্তত্ব. অসিগুম্বান
চাউগে পিক্কে ওম্বা মাগী ইছা শক্তিগুম্বা ;
খঙলেদনা হে, সুপা মহাপুরুষ।
কান্নরোঙ্ট নংগী হোংলজমল 'পুম্বা
অপোম্বা লৈরাং কাংলুপনা
য়াওত্রবরনে লৈনম য়েন্থোরকপা— ?
কাউদোংত্রবা খ্বাংজেংবা থোইমুনা করিগুম্বা ?
কল্পনা রসকী মকুমদা থোকনি ওম্মা
ওন্ন-তৈন হিরম থোদোক থৌওং খুদিংমক্তা।
করিগুম্বা পোৎশক অমা ইরৈ লৈতনা
মিৎনা উহৌবা—নাকোংনা ক্তংহৌবা
চাংদম্লবা য়াবা হৌনদেদা তশেংনমক।
লৈরম্বা অরেম্বা পোৎশক্কুগী মপুংদা
তৌব-ত্তম্ব, মথৌননা তশেংনমক
কল্পনাগী অখোংপা লৈখেং হাপতুনা
য়াইনে শেমগে চংদম্লগে হায়রবগীদি
মাত্রমক্তা থাঙ্গৈমকপু শেংনদি
ওইথোকপা য়াবা হৌনদেদা চাংদম্লবদি।
অমদি—শাওং শাদা ইরৈ লৈতনা
অরেম্বা শকওং-চেংলৌ ই-ঙ উদনা
মমল তিক্লবগুম কনাগুম্বনা

তাখিরোইদ্রনে অরেম্বা রাখল-থোরাং ?
কল্পনাগী পাঙ্গল হায়বসিম্ব সুংওনবা
মীওইবগী পুক্লিংগী রাখল ঙক্লবা
অমগুম্বনি তাইবং মপুনা পিনবিবা
চাউরবা নিংথৌ শুপ চেনবা
ওইথোকহনবা ঙমইদো মতৌ 'সুম্না
চাক্লি-ফিনিবা মীশক অতোনবগুম্না ;
মশা মউ করবা মীশকশিংহুনা
উহনবা ঙমই রাচেংকুম ময়াঙ কংনা
মশানা লৈজরমদবা পোংশক্ল থিবিকপু
অচুম্বদোনা উহল্লিবসিবু
পুক্লিং সুংওনমা রাইে-রারোল হাপতুনা
কল্পনাগী অমেঙবা লৈথেং শিজিন্নহুনা
থোকহনবা-উহল্লিবনিদা অওইবদোনা ।
পোকলকপদগী শকওং ইহোং হোংদোক্লনা
মিৎকী পাম্বৈ মতেংনা ই-উ উরক্লবা
পোংশক্লুদি মশানা হাম্না লৈজরক্লবা
কল্পনাগী পাম্বৈনি হায়হনস্নু অঙকপা
য়াব্রদো হেকমকপু ওন্থোকপা — ?
মাসিমকপু হেকমক্তা ময়ারবা মীওই 'পুম্না
মাংঙনি হায়জিন্দুনা জ্ঞান য়াওব্রবা
তিন-কাং উচেক মায়াগুম নহান্না ;
নাত্তৈ পুদৈ ইচামক চাত্রবা

ম্রাহৈ ম্রারোল কয়া কয়াশিং
কল্পনা রসকী পাম্বৈ মতেংনা
উহল্লি ঙম্না চপ ইমান মান্নবা,
ঐহাকসু মাহ্ 'পুম্বা ঙমজববা
থোইনা হেন্না কল্পনা পাম্বৈ মতেংদগী
ওনবা-খোংপা হিরম থৌদোক খুদিংমক্তা
ইমিংনা খঙজিনবীয়ু—'জগৎ-কল্যান্দ'।

---

## "পুণ্যগী মঙাল"

ইরৈবাক অমসুং মীরৈাক
অনিসিগী মরক্তা তশেংনা
পোথাকমনি ম্রাখল খল্লকপা
দেশ ভক্ত অমগী মাসিনা।

খুংজুক-খুংলাই 'মগী ম্রাখল খল্লকপদা
য়োংকী থবক তৌবা কাংবুগী মকমদা
লিংলকপা হংলুশিরা মখোয়দা—
খল্লকপা হায়রুরগে হেকমক পুরিংদা !

মতৌ অসিগুম্রদনা করিগুম্বা হিরম
থৌরাং 'মতং পাংথোক্কে খল্লকপদা

লাকই শোয়না শুক্রবা মতম
তাঞ্জা অমা — মীওইবগী পুক্লিংদা ;

লাকইবা ইথক রাখলদুগী
ওইবগুম্বনি লমজেল তাম্নগদবা
মওং-মতৌ মানবা মীশক মীওংগী
হায়রবদা ইথক-ইহৌদু লমহেনবা ।

অদুগুম্বা তাংলবা তাঞ্জাদু
তোয়না য়োরক্তে নওংদু
মীওইবগী পুক্লিংদা
অয়াম্বা মতমদা ।

সমুদ্রগী কল্লবা ইথক ইপোম্মা
মনি-মুক্তা য়াওবা কোঙ্গেং
লংখংলকপগুম তোকাম্মা
অকনবা লাইজ অমা কাবদা

মীওইবগী নিংন-আশা সাগরসুংদগীসু
অকনবা রাখলগী
মমল্লবা কোঙ্গেং
লংখংলকই আশাগী তোর্বান 'খক্তা ।

ইথক ইপোম্মা অমুক্তং ইহৌরকপদা
ভারত মহাসাগরনা

ঙাইনথ্রে ইরৈবাকমচা কয়া কয়া
কোঙ্গেং খুন্নবগীদমক।

কোঙ্গেং খুন্নবগী থৌরাংগীদমক
মী-পোং কয়া পোক্লফম লমদমগী
ফুন-চৈন অরাজক থোক্লুনা
ঈ-নাই ঙাক্তা ঙাইরে
ভারতকী তোর্ববান্দা।

মীনা মীগা য়েক্লডুনা
মক্তু ফোয়নলগুম
কাকক। চরোঙ্গা
ইনিন নিল্লে তোর্ব্বানসি।

ভারতকী মীপুম খুদিংমক
হন্নবা নৈলনদ্রি হুজিক ফাওবদা
আশা তৌনরী নিংব-কায়নদনা
'কোঙ্গেং ফংখিনি' মখোয় পুক্লিংদা।
চুম্বা খোকলবদি করিগুম্বা
ভাগ্য-পুরুষ ওইদা গুণ লৈবা।
পামজৈ ঐখোয়সু নহোয়গুম হিংজবা
ফংজনিংই মিংচৎ মমল কারবা।

ফু-ন-চৈনবদা ফংনজবা
পোৎশকসি মমল য়াম্নবা

তাল্লুদনা ফংনবা হি-য়ায়গুম
লেপলিবোই মখোয়' পুক্নিংদা ।

নখোয়গুম্বা মহাপুরুষশিংগী
মশিং রাংপা মরমদগী —
মীরম লমদমগী পোশী চেক্লানা
চাখোকখ্রে ভম্না ইরৈবাক উহৈ ।

মীরৈবাক লৈকোলগী মসিং চংলবী
লৈকোলদু শেমগৎ-শাগৎলবা মতমদা
পুকচেল মান্নবগী কাংখুল তান্দুনা,
লিংখিবনি লৈগী হৈগী চার মরিক চুম্না !

বীদেশী লৈকোন্দা
লৈ-না হৈনা 'মতং চোয়না তাবদা
হুই-হীদোং ফাওবা চেন্দুনা পুগ্রগা
লংথোকখি খোংবান্দা
তাহন্দে লৈনা হৈনা অমফাও'
মজাত্তি হৈকোল-লৈকোলদুংদা ।

য়েংবিয়ু — ভারত লমদমগী দৃশ্যদি অরাবা !
হৈরাং লৈরাং খরনা শাংলকপা হোৌবদা
পরেং পরেং ওইনা লিংখিনা
তাল্লুম্বা হোৌখ্রে বীদেশী-বায়ুনা
হৈনম লৈনম হুরানগদবগী ।

শিজেল লৈরাংগী হুংশিবা মনম
হুত্তনা পুখিহুনা মীরৈবাক-হুংশিংনা
মপুং ফাহনখি মরৈবাক লৈকোল
মৈতৈ লৈবাকী হুংশিবা হৈনম-লৈনম্মা।

হুরানখিরব্তা নত্তনা বীদেশী-বায়ুনা
মাংতাক্রবা খুজিল থৌরাংই
ইজাতি লৈকোলগী অকোয়বদা
শাক শেল্লিবা মাশিনীশিংনা ফাওবনা।

মাসিগী মরমগীদমক্তা
ঐখোয় খ্বাই পোকপী পলেম্মা
মিৎলুদা পিরাং শিন্দুজহুনা
কপচরী হিক্কা হিক্কা, জোম্না-পুপনা
চাউখৎপা বীদেশী কক্লাং নরুমদা।

লাকলো, কৈদৌরিবগে 'সিগুম্বা ভাঙাদা
ইরৈবাক লৈকোলগী অকোয়বদা
থারু-লাও শম্বল চেকপল অরাংবা
হৈনম লৈনম নাম্বোকখিদনবা
বীদেশী কু-বুদ্ধি থৌরাংদা—হে, মহাপুরুষ!
করিগুম্বা থবক 'মতা হৈত্রবা
হৈরবা, মথুং য়ানহুনা নোক্লবদা
মীগী অশোয়বা শিন্না য়েংহুনা;

তাজনিংদে নাকোংদা মখোয়' মন্নাইহে
চিরোন-মরোল লোনবা কাম্নজবা।

কান্নদে লাকলো
হে, মহাপুরুষ অংোইবা
নহাক্না লাকপদা
নোক্নগদবা মথুং য়ানদুনা
মীশিংদুগী মমাংদা—

হিনাও 'মতং পুবিরকুনা নহাক্না
ইরাক্নতনা পুন্সি মাংবা তারবা তাঙ্গাসিদা
কন্নবা থোরাংবিররোইজনে
নঙ্গাত্তি বাসিশিংবু শাওদুনা— ?

নত্তে.-- খনগন্নু পুকচেল পিকপগী য়াখলত্নু
হে, নুপা অথোইবা
নংগী থোঙ্গালগী লাইজ ইরিক্নু
ভাইজরি তাঙ্গাসিদা মথোয়না লুরুক্ননা।

লাকপা উবদা নহাক্না
মৈতৈ পলেমসি উরে হন্নাওজবা
মচা তৌবা-ঙম্বা য়োরক্নে হায়দুনা
নিংবা পুংজরগনি নিংজরদুনা।
লাকলো, লাকলো, অতাঙ্গবা মঙাল :
অমম্বগী মথক্তা মমশিন্নবসিদা

নহাক্কী প্রেম-দয়া রস তেজ্জতুনা
ঙানহনবীররো লম্বীসি খুদোং থোক্তু বা
শম্বীররো অশোন অনাবু নজাত্তিগী।

নখোয়গুম্বা মুপা থোকপা
মীশক কয়া নৌজবদগী
মমিং-মমাই তরু-তরানা
পাঙনবা ঙম্রব্রা অশোন-অনা কয়া
চৎচগনি খল্লি অমম্বা শুরুং কয়া'মা।

নহোয়গুম্বা অচৌবা মীশক কয়ানা
পুন্যগী লংলবা কুপ্তি থমদুনা
শুক্লা মম্বা তাইবং পানসিদা
ঙানহল্লে, নঙাল থাজগুম ইংন-চিক্লা,

কাম্রব্রা মীশক কয়া'মা
মশাগী ওইজবতা মথিকা
উক্কবা মখোয়গুম্বা—
পাইরে মনিপুর কোকিল
মীরৈবাক উমং তম্না।

অরাবদা কল্লবা—মম্লবদা ঙানহল্লবা
অতুম্বা নঙাল—অতুম্বা দয়া রস
থিকপিরমখো হল্লা হল্লা
মকোক নোম্নুজব্রবসু নোক্কচাওবশিংদা

কোকচনবা অমাংবা পূকচেল কল্পকপাশিংগী
মতৌ তমজ্ঞনবা নংগী ফজ-লোনচৎ।

---

## 'সাহিত্য লৈরাং'

লৈন , লৈশা, লৈকা হাইদোক-খোত্তোকউবদা,
শিঙেল লৈরাংসি তমু-তমুজরবী
য়োম্বগুম তৌই সাহিত্যক-কুয়োম্না ;
শিংথানবীদে লৈরাংসি সমাজদা,
শিঙেল অমগুম্না শুমহৎনবী ;
অত্যাচার লৈচুনা শঙখিবা মরমনা
উনবা ঙমদবনি লৈরাং-লৈশক-লৈচু !
য়োম্বগুম সাহিত্যক-কুয়োম্না
মচুরম্নবদি শান্তি-বর্ণনা ইংন-লুরবা
হেল্লমগদবনি শিঙেল লৈরাংগী মগুণসু !
লৈরাং পরেং 'মতং লেংনরকপদা
ভারত লৈকোলগী মালিনী দেবীনা
য়াওহনবীগে খনবিগ্রবা লৈরাং-শক্লোবীসি
ইঙেল-লৈশুম চিক্লা লৈনম কেল্লবী
শিংথাজনিংলুদে মতোম্নত্তবু নাইতোম ওইনা
শোক্সনিংদে চিনসিন্নকনা 'লাইবক থীবীনি'

হায়জনিংই তাইবং সমাজগী শিন্ডেল লৈরাংশিংতবু
লৈশক হাৎবী—ইরাঙ-ফলা তোজগনবী
লৈরাং পনেংলা চম্নবিত্রবা, খন্দোকপীরবা
পুষ্প বর্ণ অমগুম্না বীজান্তি-লৈকোলগী ;
শাৎন-শাৎনা লৈবাং লৈপাল লৈশা'থক্তা
উ-না উ না উশিন্নবীত্রম্বস্থ শেল চারুবগুম্না
লোৎনবিবা ভম্ববিবীত্রা লৈরাংগী হুংশিবা-মনমদি ?
মিৎয়েং ত বিশি 'মুক্তা লৈবাকমচা 'পুম্বা !
ঈকাই হকি কোক্লায়'মা তুংওইনা থমহনা
যেঙ্খেংনকপা হোৌবক্লে অঙবপা লৈনম
শিনথ্রে ডহাক্তদা সনা লৈবাক্কী মফম থুদিং ।
লৈগী লৈনম চংখিনি হাযহনা
শম্বশা চোংঙা-বনগুম শাহনসু
কাবরু কাম্নবা ক্ষংনবা মাহনা
ভাঙ্গোয ওংথ্রে মম্না পুন্নমকস্থ
কল্লক যেংশী, চাউখংলকংগী মৈশাদা ।
কনানো লুপা ইচং থৌবা '
লৈরাং লৈনম থিংগে থৌবাংইবা ?
তমজক মালীদা— হাযকক সমাজদা
গুণ শুরবী লৈবাংসিগী মন্না মপাও
অশেংবা, অনৌবা লৈ লেংবা মালিনী'মদা
অমুক লেংহনগে তোপ তোপ্পা পুষ্প মালা'মা

লৈকোক থংহনগে পরেংদা কল্পনাগী
লমজিংদুনা থম্মোয়মুংগী আত্মা মালিনীনা।

## 'আত্মা রাজধানী'

( থরাইগী ফুংনফম )

মমাংদৈ মতমদো য়াম্না কুইগ্রবা
সংসার 'মা হোৎজনগুম্লবা ওসি হুমিংসিদা
লিশাঙ থাদুনা নিংশিংলকপগী
লাকপগুম তৌরি পরেং পরেং
পুক্রিং হুংশিনা মারী কয়া
পুক্রিংসিদা গ্রৈহাক্কী।
মফুং মতম চাদনা লৈরাং মখক
কেনখিবা, মতম কয়াগী মমাংদা
মুথা থরই গ্রৈনা মাগী তৌরকফম
হুংজারবগী জম্বেন্দা লাকমিল্লরগা
নকশিন্নদা—জরাবা' লমফৈদা
হন্নখিবা লাপথোক্লনা।
য়াইফরীদৈ মতমদা
শরুক য়াখিবা হুংজাইবা
মতমসিদা হুজিক থারবা

লাকপগে কনা ইশুং লাংগী
ইতেং পাঙবিগে হায়দুনা
লাইক থীবা ঐহাকী।

লাক্লরোই, লাক্লরোই কনাগুম্বা
পিকইঙৈ মতমদো নংলক্তে, ছুজিক
তাঙ্গা ওইরে তথায় য়োনা চেল্লক্লবা
লমজেলগী মতাং অরুবা
শোয়খি ভামখিবদা থজিক্তং খুজিল খুংনাম্নোক্তা
মাংখিদবা ঙম্না চেল্লক্তবগুম মিংকুপতা।

য়াম্না শাংনা কপত্রবশু
তেংথ-নাওয়ছুনা হিক হিক ;
কপ্পনা থজিক্তং থম্মোয় শোক্লা
অন্ধানি মাসিনা অশেংবা ইরল
মমল য়াম্বা হেল্লি মাদুনা
পোংশক্তগী থৌজাল' য়াহৈঙম্না।

নোক্করবশু অকাম্বা য়াহৈনা
চৈ-থাংলবশু কল্লকপা কাংবুনা
অকেবী য়াহৈঙম্না চান্নবী কনাগুম্বীগী
হেন্না মুংঙাইগনি নপুক্লিংদু
হেন্না তেকথংকনি নশাদু
তারগা য়াহৈদু অকাম্বা।

মীনা নোক্পরগা খনবা ঙঙ্গবা
ঙ্গারক ঙ্গাতেম্বনি হায়না পুক্লিংদা ;
লাক্পবা, অচুম্বা অশাচু অশেংবা
মাচু ওইরবদি মওংচুবু
খন্থবিশি থম্মোয়লকাহুংদা—
'পুকচেল চাউবগী গুণ' নি হায়না ।

মীনা চৈ-থাঙলগা মচিন্ন-থোক্পা
ঙ্গাঙ্গৌরুবা অহোয়নচুম মখোয়দা
কত্তবদি নত্তেদা—মকরীবনি মাচুস্বু
'অশেংবা পুকচেল' হায়বচুদি
কৌবা য়াবদি নত্তেদা
মাচুমক্পা তশেংনদি ।

অশিংনরকপা মতম কনাগুম্বনা
থুং তুম্না ঙুরকপা অমুক্তং চায়রুংদা
চৈ-না কল্লুবা মশাদা চৈ-শিং খঙদনা
মাচুবু ওইরবদি অইংবা শান্তি
কদায়, কদায় মহাপ্রেম— ?
নৈররোই কৈদম্সু নিন-খোঙদবা ।

শান্তি চন্নু হায়বীসি নৌজরবী
অমতাগুম্বনি পোৎশক ময়াম পুল্লবী
তশেংনা বর্ণন তৌবা তারবদা

তোঙাম্না লৈজবা মতমদুদা
অহৈংবা শরুক্না কা তেন্না নম্না
থোংদারকই শান্তি-চমু মশক উদনা।

লুংঙাই-য়াইফনা পানগে হায়রবদি পুক্নিদা
সমাজগী অৱা-অনা শরুক য়াওদনা
লৈবা তাবে অচিকপগা সঙ্গ তৌনা
মতমত্তদা শান্তি-চমু হায়বাসি
চেংলৌ মশক ইংজরবী ;
লাঞ্চনি শোয়দনা ননাক্তা

মরূপ-মপা' বন্ধু-বান্ধপ হায়বশিংসু
লাইনা লুরবা মন্ত্র যন্ত্রশুংমা'ম ;
থাবল ফনী অহিং ঙইবগা থোইদোক্না
লাইবক ফবীনিদো তশেংনা
থিজিন্লে -- থাশি অহিং ঙইরে
শিরঙল থরবা মাইথাং মুবশুম।

থঙলে হুজিক ওশেংনা
শাদৈ নাইত হায়বসিংসু
সমাজশুমনি অওন চাবা ;
য়ারকপা তাঞ্জাদা কনানা
উবদা থম্মোয়দু শোন্নবা
উংলদবা প্রেম-দয়া-রস।

করিগুম্বদা নংনা চৎপা মতাৱবা
সংসারগী লম্বীসি শুক্সা মম্লবা
নশাচুদা ইয়াও য়াওদনা
থাওমৈগুম্বা মঙাল 'মতম্সু
কনানা থুৎশিন্নবিবা য়াওরবা
মতেংচু লাণ্টেলগুম্বা ।
মীওইবনা ৱারক-চিরক্লবা তাঞ্জাদা
শিরক্রবা মতেং — লৈশ্রবা মমাই লৈথোক্লনা
মতম খর' তুংদা মুংঙাই-য়াইফরকপদা কুবেক্লন্না
হন্না য়েংলকখিদ্রবা শাগৈ-নাতৈ অদুগুম্বা
মতেং শিরকখিদবা মরূপ মপাং কয়া
থিরকাথনি পোলোয়দা লিকনা মখুন
থিরকপগুম ।
অমহি স্মুং মশক নাইবা থবক পাংথোকত্রিবৈদা
কনানা খঙনখিবা য়াওবিরম্বা সমাজনা
নমিংনথ'দু অচৌবা মহাপুরুষশিংগুম্না
তোরুবদি নশানা ফংচদ্রবস্ম মীগী কান্নবা
য়াওগ্রনি নমিংথু নজাতি ইতিহাস লমাইদা
শন্দোকগ্রনি মিংচং স্বর্গ য়োবগুম্না ।
অদুনা, মীওইবা লৌশিংলবা !
লৈরিবৈ পুম্নিনা তোঙান-তোঙানগুম্বা
পাংথোক্লবা থৌরাং হৌরো নথৌদু 'শক নাইবা

নিরীক্ষৈদা হাপহৌত্রবা পোৎশক্তু
কৈতে খোক্তে হায়তুনা, নিংঙমলকলোই
হয়েং তুংদা মাংখ্রবদা ইশাগীস্মু কান্নহৌদনা
পল থিংলম্লবা সমুদ্রবু ইথা থাজদনা
ঈশ্বরগুম্বা মহাপুরুষ অমনা ভশেংনমক
'থাজনদবা' হায়বা পোংশকসি চৎনরীবা সমাজদা
হিরা-মানি য়াংথগুমই মমল হাইগৎপা
পোংশককুমই হিমালয় চিংজাওদা শক্লোৎপা
অঙকপগী কান্বীগুমই অলাউদিনগী ;
ফংলগে হায়রবদি মনিশে থাজনদ্রিবা
পুথোকপ তাই মীওইবগী তৌব-ভম্বা থৌনা
উৎথোকপা তাই পাক্কল লিংজেল 'পুম্বা
করিগুম্বা য়োৱবদি তাল্লিবতুগী মতোল
ফংলবাদ মনি-য়ায়তু হোৎনজমলগী
থাজনবা ওন্থোকপ্রবনি থাজবদা।
খঙলক্লে হুজিক—তৌবা ঙম্মদে হায়তুনস্মু
ঙম্লবা থৌরাংলুরবস্মু পূক্লিং চপ য়ুংনা
মীনোক চংগদবা মী পোঙনা খুবাক খুতুনা
অশেংবা খবক্তো থাক য়াংনা কৈবা
ঈকাইবা থাদোক্কুনা মীগী মীনোক
য়াথং ইন্নবা হোৎনক্লো আম্মা রাজতুগী
ফংগনি শোয়দনা রাজধানী য়াথলতুগী।

## "প্রেম-বস্তু"

প্রেমগী জগত্তা নোনা খোংদাব্রকইবা শানৌশা।
মাং-তুংগী রাখল থল্লকপা মতমদা
নকোক-নরু তাঙগদবা কোকতাঙবগুম
য়েৌরক্লে মতম — চেক্কশিল্লু শানৌখোই।
তুগদবা উপাক্লন, খন্দোকপদা য়াম্না লুরবা
লায়রবা পাংথোক্তে লেপলপদি পুক্লিংদা
অতুম্বা তাঞ্জাতু নকশিল্লক্লে পাখংশা।
চোং-কনবা কনা য়াম্না হৈত্তুনস্তু।
নহারোল কনাগুম্বা ওইত্তুনস্থ মহাক্তো অখন্নবা
মথোং মথুং তেক্কনি
তাবা হৈত্রবদি
যৌবণগী লম্পাকসিদা।
মশা মঙ খিঙবা কনা ওইত্তুদস্তু পাখং-নহা
হিকথগনি অরেম্বদা দেহ'তু
সংসারগী মফম অয়াম্বদা
কোইরুরবা নুপা লমজেন্দা
ফংলবা পজেং-ফিরাল মিংচৎ নিংথিবা
নুপা কয়াতু ওইত্তুনস্তু
ফাওরবা খোংয়াঙবদা
শন্দোক্লগ্রবা তোবা ঙম্বা

খোংথাংবা য়াবোই থোইনা হেন্না খোংথাংগে
খল্ল-খল্লা মবুক্লিংহুদা
মীওইবগী মবুদ্ধি-মরৌশিংনা
শাগৎনবা ফুডা দলাল কয়া

খাঙলক্লবা নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া'মা মহাপ্রলয়গী
মাচুমক ফনা ওইদুনস্রু
নোংলৈ-নুংশিৎ মচাসিনা
নোংলৈগুম্না পিক্রবা।

হুমদোকখিনি চাউর ফুডা-দলাল মপৈ মপৈ
বিজ্ঞানগী অংকপা জগত্তা
খোংদাক্লবা মীওইশিং কয়া
পারুবদা মথোয় পুন্সি ঢারী—

মাতথোং থম্বাল লকপদা লংশিল্লক্লুনস্রু যৌবণ লাংনা
নাম্নোকহৌবা ঙমই তরাই ঙরাইনা
নাম্নোকপা ঙমহ হায়হুনস্রু
থাংনা কক্লুনা, মিংশেল মচেৎনা লেম্নৎতুনা

ঙমবনি নত্তে হেকমত্তা জাল্লি' হুদগী নাম্নোকহৌবা।
অরেপ্পা য়াখলগী
অতোপ্পা কা হেন্না থৌরবা ময়ানা
উপাশনাখবদা নাম্নোকপগী আশাদি লাইরদনা

জ্ঞান মেন ইত্তামক তাখিগ্রবা দেহ-হকচাংদা
অদুম্বা লাংদো তাজখি মতোমতা
শেগাইতুনা লৈমাই 'থক্তা
মচেং মচেং ওইনা।

নৌনা তাইবংদা ফাওগৎনরবকইবা পাথংশা
পাম্বিরবদি 'সিগুম্বা মথলগী অতাংবা
পুক্লিং-সনা কৈথেল
অচেৎপা সত্যাগী লুপা শংবানা
লৈবিবা য়াগনি তশেংনা ;

নয়া পৈশা অচোযবনা মশিং নাইদনা
থাদত্নস্থু ফনা য়াম্ন নিংথিনা
অথন্নবা লুকমাই 'থকসিদা
কান্নবা ফংবিরোই করিস্থু
পোৎশকসিগী মন্তিক্লবদা।

মীওইবা সমাজগী মহুংদা নাপল মথোই কারবা
ইনাক খুনবগী মচাক মরন্নস্থু
থওর-উশিত্তবা লোয়নবা
ফংগনি খনবিরুস্থ লৈবাকমচাশা !

পোৎশকসি অস্থুক্কী মতিক মমল কারবা
তাংন-হোঙনা ফংনরবা
থিবীরুদো মফম থুদিং

মৈতৈ সনা লৈবাক্কী মঙ্গুংদা
বস্তু সিগা মাল্লবা অতৈ ;

থিরু থিরুরগা হেল্লককনি অশুম 'সুম মগুল্লা
চাংদল্লবা য়াবা পোশক্কি
ফংবিরোই মফম কৈদসু
থিনরীবা মথোয়' মথুত্তা ।

মীওইবনা ত্তাল্লবদা য়ানরবা পোৎশকসি
অরুবনি ফংনবা থৌরাউবা !
খঙলে, হুজিক মাশিগী ময়ায়
ইথুংসিদা পায়না-পায়না

লিরুবা মফম খুদিং ওইরবোই বস্তু মাংবা-য়াদবা ।
সমাজগী পুক্সিদা মীওইবগী
মশাদা লৈনা-লৈনা থিনবা
পোশক্কু মীপুম ফংনা
উনরে হুজিক মশেং-মরাও

মফম খঙনদবা তশেংনা থম্মোয় লমদমগুম তৌবদা
নিংনরে পুক্নিংদা লৈনগুম বস্তু সি ।
অরেপ্পা মফম — অবেপ্পা লৈফম
খঙনবা ওইদ্রিবা মাসিনা তাংদাওবা

বিজ্ঞান হৈবা কাংবুগী যন্ত্রশিংগুম তৌনবা
অপিকপা পোৎশক চাউনা উহনবা ওম্বা

অনুগুম্বা মঙ্গল লৈরবদি অঙ্গকপা
পুবিরকউ তাইবংপানসিদ —
মীপুম খুদিং কান্নবা নিংথোনসি 'প্রেম-বস্তু'।

---

# মতম কুইনগী বিদায় তৌনবা

নিংথংগী মফম অমগী
নিংথিরবা চুংটংগী মগী
নিংজোল কাগী কা'মদা লৈতেংলিবা
থাদিনা কমুং'মদা লৈনম্মা হারবা
শানৌ অমগা মৈতৈ জাতিগী
চুজা অমগা থাসি সমাজগী
ফ'ম্মন্নরতুনা শাবী শানৌ অনিমক পুন্না
লৈগা খোইমুগা পুন্না লৈতেংবগুম্না
পোথা মিন্নরক্রে নিংকুপ কয়া হরাও-তয়াম্মিন্নন
ওহাক লৈরগা শানৌসি
তপথবা য়ারক্লুনা পাথং পুক্রিংসি
পুক্রিং শুওনবা রাইনা তাম্নাগুম্বা
মধুর চেনবা খোম্থোক্না কোকিলগুম্বা
হায়রকই 'সুন্ন শে ন্নবী রাইদা
থম্মোয় চাম্নথোইবীগী মফমদা—

“কল্পনা-রাণী চান্নরবী
চংলশিনে হুংশিবী
ঙসি কৌবা হুমিংসিনা
থম্মজুনা, যৌবণ সাক্ষি অরোইবী
মহাক ঐহাক্কী থম্মোয়' রাখল
'মতা ওইয়ে হায়বসি
উংথোক্লশিগবা সমাজ 'মাংদা।”
অরেপ্পা ওইরবা পাম্মু-হুংশি রাহেসিনা
ওইরজুনা মক্ত কনবা শাই-তিম্মং অতুম্বা
ঙনৌ তনৌজরবী, বাসন্ত লৈরাং লৈনাবু
লেংথিবগুম ফাওজিং ফাওনা-তয়াং তশোয়বা
নিংজোল হুজা ওইজরবী থম্মোয় লকাদম্লু
মিংস্না থম্বাল নয়ণ লকা অনিমক্ত
মবুক খল্লবা, পিরাং ইপোমতনা লৈতেংলবা
থোরবা রাখল মিংয়েংসি কেকমক তাশিল্লুবদা
ওইবগুম নিংলে—অনৌবা তাইবং থুংশেমগী
নিংথিবী লিক্লাই পত্র'নিগুম তনিক তনিক্লবী ;
মহুং মতম ইচা চাদনা, মালয়া শাহুম লাওবদা
কেনজরবী লৈরাংগুম্না লৈপাল লৈশা'থক্তগী
মিংকুপ থুদিং লুরবা হুংশি ইপাক্তা
ইরক্লক্রুরবী প্রেমিকা ,মগুম লমহেনবী
'মরোমদম্লু – হুংশি চৈথেঙ ফংজরবী

চহুরা নিঙোল সুজা ওইবিসি
শেমলন্থনা পিরাং-কিরায় খোংলম'নি
অরা-সুংশি কায়ন-শক্রোল পুরত্থনা
মতেক মতেক ওইবা অহিক্রবী খোম্থোক্লা
সুজা য়াকং-প্যাওদমজক্লকই মশাবী মাঞ্জ মকাদা—
"করি য়ানোদা পাম্মুবা !
সুংশিজরুবা নচল ওইবীনা
ইঞ্জরুবা মাঞ্জ' সুং—
মাঙ্গুনা কারবু কাম্নরকপা—?
ইখোক্লপিরক্লনি ওক্সা সভানা
'থাসি জাংনে' হায়দুনা;
সুংশিবগী শেঙবা মনীদবু
খায়দবনি জাতি-ভেদ সুংশিবা
চংনরোল সংগ্রাম মক্যাদদ
হামজ্রোনে শেঙবা পাম্মুবা।"
তাবদা থম্মোয় চান্নবীগী কেংথারোলসি
মৈত্রৈ পাংথংসি সুংশি কৈচাক্লরবা
কায়রবওম্না থম্মোয়গী নিংবা আশা'পুম্বা
সুংজুক-মুঙ্জোনরবা শকক্রম ওইনা
পাথং নাখৈ শেংলকই চান্নবী নকাদা—
"ফরে, ফরে, কল্পনা-রাণী !
নংনা য়াক্লবনিনা ক'মদি তৌনি

খে ইমুনি হায়রুনস্নু পাঙ্গল্লবা
নমজ-নধখেক্ক্‌না লৈাহ চুপ্পদি
পামজদে পাখং খম্মোয়না ;
যৌবণগী খোংচত্তা অহানবা
নিংঙোলগী প্রতিমাসি লুরবী
তপ্রে পাখং পুক্কিং মিংলেন্দা।
ৱাখৈ নাইবা শই-মৈতাল্লা
তাকল্লবস্নু তাইবং পুন্সি
খম্মোয়ন্নুংদা তাপ্রবা নহাক্কী
ন্নুংশি মিরেলদি চাল্লবী
কৈদৌন্নুংদা মুৎলরোই পাম্মুবী
মক্লদ্রবা খম্মোয়-পুক্কিং শিন্নপ্রবা
নং ঐগী কঠাবলি !
চেন্নখিশল্লু চংনরোল সমাজ মায়োক্তা
পল্লোল নমখেক্কুনা থর্ম্মগী
তিনশিনমিন্নখিশল্ল নং ঐ 'মক্তা ওইনা
খাইদোক্তবা ইন্‌ল্লক্তা জ স্তি-বিজাৎ
শিনখিশল্লু তাইবং মালেম
নং ঐ হৈবানীগী ঈল্লা ইশাওশোল
থুপশল্ল তল্লনা পাঙলিবা মমিং'নি
রক্ষস-হৃদি ওইবা সমাজ।”
শাবী শানৌ অনিগী

মিৎলু নাপোম অনিদগী
শিন্থরকপা পিরাং ইম্না ইহৌনা
ইচেল 'মতা ঙইমিন্নহ্না অপুনবা
পুমচোৎ চোৎলে নিংডোল কমুংদু
পিগী ইপোম্না নৈত্তেংলক্রে
খোইমু নৈগী পোথাকম।

---

লোইরবা।